# ব্রারেং-লীলা মথেল



জি, সি, তোংব্রা

# ৱারেং—লীলা মপেল

অইব ঃ—

জি, সি, তোংব্রা

যামিনী সুন্দর গোল্ড মেডালিস্

( ১৯৭৫—পদ্মশ্রী, ১৯৭৮—সাহিত্য একাদেমি এৱার্ড )



[ মমল লুপা ৭·৫০

# বাহৌদোক

মণিপুর সরকারনা শেলগী তেংবাং খর পীবিবদগী লাইরিক অসি ফোংৱ ঙমজরিবনি। মরমন্থন লমন হোঞ্জরি!

মণিপুরদ হুজিক লৈকং থরোইনা সন্দোরকপগুম শেঙা থুমজা, মীওং মীনৈ অকি-অখঙ নোংম নোংমগী হেঙ্গংলকই। থাজহল্লগ হাংপ, তৌবিমল খঙদব, অচুম অরাল য়েংদন ওইজ ওইথক ফংলগ লোইরে খন্নথুন মীংইবব মমল হন্নুক্কব থকক হেঙ্গংলকই অরেপ্প লৈতন। পোংকি মমল হেঙ্গংপাগি মতিক তাইবং মীগি মমল হন্থরে, ইকাই-ইকি, ধর্ম্ম খংশিন্নদব হেল্লে। খর লৈরবদি তাইবংপান্সি নরককি মশক অশেংবগ মান্নরক্লনি। হাংল হিংল, হাংল হিংল, করি থরোইনো!

ফিভমসিদ লাইরিক ইব ঐখোয়ন হৌদোঙনা লৈবাক্কি ঙা চাবথু উন উন তাম্নোক্লব পাম্বেদি লৈজন্দ তঙক তঙক য়েং লৈব—মীং নাথুন করি করি খোংতুন খর শানব নত্তন করিনো তৌগদবা?

আগষ্ট, ১৯৮১ ইং।

জি, সি, তোংব্রা

# খারেং—লীলা মথেল

## নিংথমথাগি অয়ুক্ত মীৎকুপ খর

(জি, সি, তোংব্রা)

মঙ লুংঙাইতবদেরা কৈনো, এন ইংলব নিংথম অয়ুক্ত, ঙস্মা হোগং মাংঙান্দ ফমলকইব ফন কুইরে। এখোয় মুরাইদ ইংলিবসিবু চার্লী চেপ্লিন্ন "Gold Rush" হায়ব ফিলমদ্দ এলাস্কাগি উন মরক্ত উন্দুম ওল্লুব, চাক লাম্মুবদুগ চাংদম্নব য়াগদ্রা ও? লণ্ডনগি অয়ুক অঙৌনবদ জি, বি, শোন ঈশিং অইংবদ ইরোইদুন শান্নব, মোটোর সাইকল য়াঙন থৌ শান্নবদুন করি শাক্তেন্নো! মণিপুরগি নহারোল ওলিম্পিক গেমস্ত য়াওনীংব জংগতি তল্লম্মোইসে। তনব ঙস্নন লুংঙাইবনি খনব কাংবুদি ফমুংদ নাখোল্লমখিনি! মুমিৎস্তু তনব য়াওগ্রব করিনো উত্রি, ঙসিগি? লৈচীন নোংফাইনরা মায়কৈ পুম্নমক তুফক তুফাই, মম্লি শারি। সেক্সপিয়ারগি মেকবেথন হায়খিব: "So foul and fair a day. I have not seen." অসুক মবুক শেংদব অমদি ফজব নুমিত্তি এ উবু উখিদ্রি! অথৌব মেক-বেথ মতম খর নুংঙাইব মাল্লম্মগ মমৈদ মথরাই মাংখি। নুমিৎপু মশক উহন্দব ঙস্ব লৈচীন নোংফাই লৌনম চাউ!

নঙগি গর্ভ মনুংদগি তূ খ্যাও চুংব অকিব পাউ কয়াম্ন পোক্লক-খিদগে ? অকি অখংসি তোয়ন ত রব উৎবদি খর হৈনরকইকো। মতম্ন মরম ওক্লিংঙ মবুক ফরিংঙদ মাংহনখিব মতম পাঙ্গলদু কল্লকইদা। নিংথম্ন খঙদবমখ অইব অয়ুক—সূৰ্য্যদ মার্বল কাপ্পুন শান্নমিন্নখিব, চৈতেক কোংপি শান্নমিন্নখিব মরূপ মপাং-শিংদু কদায় কদায়দবু চংথ্রবনো ইউ উখিদ্রে। উদব হায়বসিদি শিথ্রবগুম্বনিকো। ঐবু উদব তাদবশিংনস্তু ঐবু শিখ্রমানে খল্লম্ব য়াই। উদবঙাক্লস্তু শিখিবদি নত্তে, ঙসি নুংিং উদে, শিখিবদি নত্তে। দেকার্টন হায়খি : “I think, therefore I am.” ঐ ৱাখল খল্লি, মরমদুন ঐ হিংই।

ঙরাং নুংদাংদি কবিনো মঙদ মিরাং ময়াম্ন য়েংশিল্লম্বদুদি নাক্লোকপ কয়া ৱাখ্রে। নাক্লোক্লব মতুংদ অমুক পরপ পরপ চংলিংঙদ উত্তীন অমন চি-চি খোং তাররকপাদুদি মখোম্নগি দোং লাওবিদু কাপ্লক্লরা হায়দুন পাখংতুন খো বান্দ চোংথববু মীৎকপ স্বাই হেক থোকই। ইস ঐ শিদ্রে হায়দুন ফৈজূপা হাইদোক হুমাং হৈথে কখি। নিংথমগ্রব অহিংদ হুমাং শৌব মীৎুপম্ব মরাকই। করম্ব ইংরেজি কবিননো হায়খিবদুবো—“If winter comes, how long can spring lag behind ?” নিংথম থা লাক্লবদবু বসন্তন কয়া হইন পম্বখিব য়াদগে ? অদু ওইরগদি থম্বা লাক্লরা কিনদুন চায় হাওত, মীং উইশিল্লি তুমদবগু লৌনরিকসি চাকচা হৈজানবদ হরাও-কূম্মদ লুপ্লরবকাল লাকখিনিকো ! ঙাইব তাব, মীওইন পোকপ-

শিংগি হিংনব লাইরা ঙাইবতাব। সেমুয়েল বেকেটকি "waiting for Godot" তা য়াওব লমদনব খোঙলোই অনী ভ্লাদিমির অমদি এস্ট্রাগোনগুম গোদোট ঙাইব তারিব্রা! ঙাইবসিব, তনব কৌগদ্রা?

পরীক্ষাদ পুং লোইখিদ্রিঙৈদ ইব, হূরানবন মপু তূমখিব ঙাইব, য়াওশঙ কাঙ ঙাইব, নুপী চেন্নব থানখিব মতম ঙাইব ... ঙাইরিব মীহুদ পুরে তনব তন্দব মঙাইসি। শিব নাব ঙাইবদি তনবনিন ফন অহল ওইরবস্মু মী ঐখোয়্নন নোক্কদব মুংঙাইগদবা মতম ঙাইনৈ। নোকপ কপ্পসিব, সেমুয়েল বেকেটকি Waiting for Godot তা য়াওব পোজোনদি হায়ঃ The tears of the world are a constant quantity for each one who begins to weep, some where else another stops The same is true of the laugh. তাইবং পিরাগি চাংসি লেংদন লৈ। অমন কপ্প খুদিংগি করিগুম্ব মফমদ অতোপ্প অমন কপ্প লেপ্পি। নোকপগিস, অহুমঙাই। মহাজন পোজোগি নোক্লিংব মীংয়েংনি। ফুরিংখাও চপ্পদ মাংহৌবন কপ্প, ফংখিবন নোকপ, নাওরী কাপ্পদ পাল্লগ অকাপ্পন নোকপ, পানভমহুন কপ্প।

লাইবক থীরব লক্লিন কপ্পদ মপি তৈংথোক্লব এস্ট্রাগোন্ন পোজোগি রুমালহু পীরুবদ লক্লিন হরাওবগি মহুৎ মখুরাইদ মখোঙন কাওরক এস্ট্রাগোন কপখি, লক্লিন কপ্প লেপখি। সেমুয়েল বেকেটকি লমদনব খোঙলোয় অনীদ, কদায়দগি মোদেল

লৌরমদগে ? কন কজন পুক্লিং হুই, তাইবং মীচম ঐখোয়গি ইতৌ তম্বিবহ্ । মখোয়নীহুবু চার্লী চেপলিনগি "City Light" হায়ব ফিলমদ য়াওব চেপলিন্ন শাখিব ট্রাম্প অদুন model ওইরগ য়েকখিব ওইরমদ্রা ? লৈশ্যোনবি মীত্তাংবী লৈশাবী অম উবদৈ চেপলিন্ন শাব Tramp অদু নুংশিবন ঙাওখি। য়ু ঙাওব অমদৈ কার ৱাইরগ বাবু অচোবা সাহেব শা মীতাংবীদুই মমীৎ ওপরেসনগি শেল পুখোক ফাদোক তাখি। মমীৎ তাংবদু ফদুন শঙ্গোমদ লমদনব হোৌদোঙদু উবদ লৈশাবীদু ঙকপন থেংখি, চেপলিন্ন মহৌদু উবদ য়ুহারাবদোন নিকখিবদু তাইবং মী খুদিংদ উহনীংই। চেপলিন লৈখিদ্রে অৱ বনি। মচাশিংদি হৌরকখিনি। য়াম্ন কান্নগদোবদি চেপলিনগি চারাসি মণিপুরগি লৈহাওদ নুংশিং নুংশাদ কজন হৌরোইদ্রাও ? ফাগীগি পাস্বীন হৌবদ য়াম্ন পক্লব হরাওলৈবাক মণিপুরনি, মতিক মগুণ থর ৱাংপন ভারতকি লম্পাক্ত শাংপ ঙমদে, চেপলিনগুম 'universal man' ওইব ঙম তাইবংপানগি মী খুদিংবু পেলহনবদি থমখিসি ! কাশ্মিরগি শেম, apple—মণিপুরদ থাবদ হোই, মহাও থর ৱাংচরবস্তু, মৈর্ব্বাক্তগি রো কাটলানচিংবা ঙা অহাওব কয়া মৈত্রবাক্ত চারা লৌরগ নিঙোল চাকৌনরি, কম-চাক থাংনরি। ঐখোয়ন করিগিনো চার্লী চেপ্লিন, জি, বি শো, বোব হোপ, লাওরেল হার্দিগুমবগি চারা হৌনব কলচর তৌদ্রিবা ? নত্তে, মহাত্মা গান্ধী, নিউটন, ঐনষ্টাইন, মহম্মদ অলি, ক্রসলীখোয়দি লমসিগি লৈহাওগ পক্লদব য়াই।

হিরম অসিদ scholarship পীরগ রিশার্চ তৌহনব য়াম কাগ্নব য়াই। জি, বি, শো অশাং ওইরিবৈদ লায়রে—মপা য়ু ঙাওই মমিং চুপ্প, মমা ইশৈ শকপি লৈম, মচা মরা খোশা-বিদে। চার্লী চেপ্লিন অঙাং ওইরিবৈ অঙকপ ফংন লায়রখি—ইহমখি, চাক লামখি, অনাথাশ্রমদ চহি ফন য়ীগ্ন লেনখি, মপা য়ু থকমন্দুন চহি ৩০ দা শিখি, মমাহুদি মীতৌ তম্বদ মপা লৈখিদে, চেপ্লিন্ন মমাদৈ তমখি—মমাবু য়েৌবদি ঙমদে হায়।

জি, বি, শো নোঙ্গাগ্রে, সার চার্লী চেপ্লিনস্থ লাইরৈবাক্ত রান মতম লেপ্লিব ধর্ম্ম লৈব কয়াবু নোকহনলম্ব য়াই। অহুন Test tube baby গি Experiment অহুদি য়াররোই মতম হেনগ্রে। মমা মপাদৈ লৌব hereditory factors শিংহুদৈ Educational or Circumstantial factors না হেন্ন ফাগী খোকহনবদ কান্নদোবনা চার্লীগি চারা শেমব culture তৌব কান্নব য়াই। তাইবংপান্দ ওইথোক্তব য়াম্ন তাংই। অদুনদি পুং ২৪ য়ু ঙাওব হৈনব নিপা চহি ৩০ গি মন্নাদ লৈব—মরল লৈতব অম অনী থিব তারে, হারবস্থ রান। অদুগ চহি ২৫/৩০ রোম ভরবি, মীতৌ তম্ব য়াম্ন হৈবি এক্ট্রেশ নত্রগা মখোল মুংশিব ঈশৈ শকপি ১/২ গ পক্কব রেংবিরগ লুহোংবিব তারে। পোক্লকপ অঙাংশিংদু সরকারন controlled circumstances দা য়োকপিব, মবুক লামহনবগ মফি মরোল শেগাইহনব মনীং তম্ন থাদোকপ, লীলা রেংহনব, য়ুদ্ধি অদুম

মমা শাবিদ্দু থকপ হৈরক্কনি ভম্বিরগ। উচিদ য়োংদ, ex. periment কয়া বৈজ্ঞানিকশিংন মকম কয়াদ ভৌনরম্মি। মীদম্ম চাংয়েং কয়া ভৌবিবদ অদুম য়ানব য়াই, শেলম্ম পংয়াম য়াম্ম চংদব য়াই, মতম শাংজরবম্ম—করিগুম্ব য়েক্কম ময়ামদ দৈ চেপ্লিন-গুম্ব শোগুম্ব মচা ৪/৫ দং ওল্লক্রগদি মণিপুরগি মিংচৎ পৃথিবী শিনথুংন চংলব য়াই। অতাঙব লাইপোক, genius কয়া করিগুম্ব মতমদ মকমদ, জুগোৎচাম্রব মমা মপাদম্ম পোক্লকপ য়াই। পিকলিঙৈদ অঙাংশিংগি মরক্ত মতিক মগুণ কাপথো-রকপ উনরবদি তন্দনশিংদ্ কারণ ইদ্কেসন Department তা পীথংনব কৈ, মমা মপা, য়ুমলৈ কৈরৈ, শাগৈজাৎ থিনদন।

ফিজেৎ চাকচা থিদন অঙা পুম্নমক্ত হৈরবদি শানব লৌবুক্ত চংহনব, স্কুল কোলেজদ মতিক মগুণ য়েংলগ চংহনব, অঙাংগী লীলা অমদি ফিলম য়েংব ফংহনব, মতিক চান হিরম খুদিং তম্বিনব শিনব অফব খুজিম্নি। মন্ত্রী হোংলব য়াই, পোৎকি মমল হেক্সংলকপ য়াই ভারকপ য়াই, ফজব রাথল অচুম্ব খুজিন্দি মতম কুইন লৈহৌগনি।

য়াম্ম য়াঙন, য়াম্ম ঙক্ক ওল্লব মতমনি। করিনো ঐথোয়ন অঙাং ওইরিঙৈ লুপাদ অনা অনী নম্মগ কৌ শংবাই উতোঙ ৬৪ চনবদ্ অহুম ফংলম্মি, হুজিক্তি খৈদেন শংবাইদ লুপা ৪০/৫০ হায়নরে। অঙাং মনপ থম্ন শিৎপিক্ল, ইব পাব তম্বিক্ল, পাখোম্লোই ওইরম্বনা খোঙচ্প খোঙ্গাও, নেক-টাই, দলাল কার ওনগ্রে, করম্ব মিত্রংনো সিবো? ফিজেৎ-চাকচা, লমচৎ

শাঙ্গং য়ুম্বান কৈবান থাইনদি থেঙ্ন চংপগুম তপ্প তপ্প হোংন-রম্মি, হুজিক্তি করিনো জেংপ্লেনমুক য়াওন হোংনরে, সিমেন্টবেগ নঙ্গন্দ হোল্লম্বন সঙ্গোইমুক চাউব গাড়ী ওনগ্রে, খৈদেন্দ উচান মৈরা থান শেন অতাব থ্ন, মীগি কুরিংখাওদ থর হুম, লমজাউ লম্বাংদ থর লাও খোংহুন লৈরম্বহুন য়াও শেনব, সন শেনব হৈবগি মহাদেবন চানবিহুন লীলহা মচা অম ওলহন মগুক্ত য়েং শাল্লহল্লে। মহাদেবগি মগুক্ত ঝাংন তোংলবদ্দদি গরুড়দা মমীং খং করি শেং-চাদ্ন পাল্লি, থর মুংঙাইজরব্রা হংলাকলে। অঙকপ য়াওল অঙকপ মতম। হৈস! লৈচীন নোংকাই তাকশিল্লক্লে, লুম্বু লুম্বু শাব ন্মিং তম্ন খোল্লক্লে কাদোক্তে থারকপগুম।

ন্মিং অসিন শারকপ কান্দ ওইরিনি কবি রবীন্দ্রনাথন ইথিবদ্ অঙাং ওইরিগৈ নিংশিং:

"আজ ধানের ক্ষেতে রৌদ্র ছায়ায়
লুকো চুরি খেলা"
ঙসি কৌগি লৌবুক্তা ন্ংশাই মরুমদা
কেকু-লোংপি শানব

নোংম স্কুল কাব্রগ লৌবুক্ত, অহাংব অতিয়াই মথাদা সন শেনথি, সম্বী থুন, ইশিংল ঙা কা, লৌরগ চা। ইমাল্লবদি মুমিত্ত্ স্কুলদ পারা কাদবৈ কপ্প-লাওনরম্ব য়াই। বাজিন ছুটি পীরক্লবনিন ঐ অরানব তৌব্রে; অকিবম্নু লৈব্রে, পুক্লিং মকাং রামথি—লৌরীদ মোন থাং য়েংবদ অহাংব অতিয়া, পাইরিব

নীংথাতম্ব উচেকশিং, চীংয়া তময়া, লৌবুক লম্মাং—সন সংগোল ময়ামতুন ঐঙোন্দ হংখি "কমদৌই ঙায় কল্লব্রাও?" ঐগি থনুংদ ৱাহংদ্রই পাউথুম পীদন অদুম লৌদুনা থমজিনখি। কবিগি শৈরেং—

"বিনা কাজে বাজিয়ে বাঁশী
কাটবো সকল বেলা।"
থবক শূদন তৌত্রি খোংলগ
লেপ্লনি মতম পুম্ব।

অহল লমন্ন পীব থৌদা লাইরিক তম্ব কাদন লম্নাইগি পামজব বাঁশী খোং—নীঙঙাইদন হুংঙাইন মতম লেনব! অদুক নুংঙাইব মতম মরেন কৈদৌঙৈদ অমুক ফংনি থাজদ্রে। অদুবু T. S. Eliot না হায়খি মাগি The Love song of J. A. Prufrock তা:

In a minute there is time for decisions and revisions which a minute will reverse

মিনিট অমদা মতম লৈনি

ৱা কয়া লেপ্পব অমদি শেমদোক্লব, মদু মিনিট অমন মথক মখা ওল্হোক্লনি। পুন্সিগি হোনশানি মদু। ঐথাম্নসু প্রুফ্রোকি ইশৈদু ঙংব য়াই:

Let us go then, you and I,

When the evening is spread out against the sky like a Patient etherised upon a table;

চৎলি লাকও অহুদি, নওগ ঐগ,

মুমিদাংবাইন ভিংথোকপ কান্দ অভিয়াগি মাইয়োক্ত অনাব অমগুম হিদাক্ত শিথহন্নব, মেক্ত অমৈ মথক্ত; চাংয়েং কয়া য়েংনব থৌন লৈব তায় হিংখিংগ হায়রবদি। ভো, লৈচীন তাক্লে, বাব নাইদব মুমিং হন্নুবসি থোক্লে।

---

# চফুগা ইবানগা

(কোংখিব তাং ২৮।১১।৮০)

জি, সি, তোংব্রা

সিনেমাদ খর লুহোংবদ খর চৎলখি, নোংমদি ইথন্দ হেক য়ুম শঙলে। হন্নকপ নাইদে মী অমত্ত, মুমিং সং তাশিন্নক্লে। থোও পুম্নমক গম গম লোনসিন্নে, থাংমৈ থানগে হায়রুন ভেক ভেক কৌ য়েংই, খুম্নক্তে নোংগাং মকোন অমভ, মরোন থোক্ত-বদৌন। কান্নদে, লালটেন থাজৎকে হায়রুন, মমথরব চাকশঙদ চংই। থোও হাঙলগ থোঙজিন্দ কানসিনবদ শোং শোং ইভুংদ কনানো ইন্নকপোই থজি, থোও গম লোনসিন্নি। কিরিব্রা ঐবো? হায়রপ নোক্লিংই, মৈথেং থেংলগ পোদোন থাজংপদ। চাকুম থোংদোকপিসিরা বুইয়েদা থোংদবা থজিভৈ মুমথক্ত শোং ঞেক লাঙব মথোল ভায়। উচি হৌদোওহ্ন লৈভেং,

তামিল টেলেগু লোল্লিত্রা? চাকশঙসিবু মী চিক্লগ তম্লরব জাংলনে? কুইন শূত্রবস্থ শেংনব মূগা খুদৈ হোংদোক্লে। ভুমিন ভুমিন চক্ষু ইরান চামখোক্লগ মপাম্মে পুশিল্লকপ বাটিন্দ হৈজিল্লে। মৈ হৌগংকে হায়হ্ন ফুংনাক্ত চংশিন তপ্প কম্নি। জি জি লাওব খোন অম তায়, করি লোম্লো কনাদৈনো? তেক্লা, পুখমলা, চেংফুরা খুদেংলা? ভুমিন্ন তারগদি বাটিলন নিংখমদুন নিক, খুজাম হাপ্লদু শাওব ওইরম্মে। মৈখেং খেংলগ ইমন খর চু মৈ হৌগংলে, উপি শীঙ খর থাজিল্লে। মৈদি চিলহাও থিদে, ইমন্দু গুংগুং হেক্ত চাণোকই। তাঙ্গোই ওনবন পামজ্জরব ইমন মোমোন নোক নোঙ্গাখি, কপ্লিনব কনা য়াওদ। উপি শীঙ কফাংতবদু চাকপ কান্দদি সতী ওইজ-নীংদ নুপীমচা লুপ্রাবীবু মৈনুংদ লংশিনবদ অম্লো য়োয়ো চি-চি খোংব মাল্লি। থরাই খিংতং নু ভাইতে। চক্ষুদ ঈশিং কৈজিন চেং ওজিন, থাগংলে চক্ষুদু য়োংন্থবি মথক্ত। ইরান্দ হরাই-মূশোরী চাম্মগ হাপচিললে। মখৌ পীগে হায়দুন আলু খর খিববু, কাচীন্দ লোং নৈরম্মে নৈণোক্তুন। তনমল্লি নুংশিদে হায়রগ বাটিন্দ থাদৈ জবুক। চক্ষু শৌরে ত্রোং ত্রোং মখোল হৌন উশিত্তন, নুংশিদদুন থাবৈন গ্রোং গ্রোং ওংপিরে। ওহাক ভুমিন নৈখি। অ'লু অতনবশিংদু লোথংলগ হৈঙ্কাংন মতম্ল্হ গ্রোগ্রো খোংপবু, অয়ো য়ো খোংই। চকুন্দ তাজাদুদ ত্রোংত্রোং অমুক ম.ইক প.য়ব.দান অচীকপ থুগাইরকই। নুংশিদে মতৌদু, আলু থায়, মরোই শোই ওহাক নৈণোক্লে। মরম

চায় মতম চায় খঙদে হৌন লাওনয়রগ হেক্ত ভানত্রাও? মরীলন খারিবদি কৌব থূমদে হায়রিত্রা চয়ু মহী অশাবদ্ শাওরপ জয় জয় পাথরকই নেশাবন লৈত্রে খঙবনিনং। চৈগপ তাপ পায় মঙক মেৎ ওইনান খংথাং থাংখবদ মাদি লুপ্নিবজাং ওইরে চাক য়াইভমদৈ হেন্দোক হয়াই হাপ্প ইরান্দ বোক খেং লৈবাক্ত ঙেক ফম্মি। ইরান্দু খংপ্রেক লাওরকই "অয়ো ইমা"! চক্তুন লুপ্প খ্ম্মি, "শোকপ্রে হৈ!" অদ্দৈদি মখোয়নীদ্ খৎনরক্লে। খোন্দা থীনরক্লে, মলোম পোপথোক্তুরক্লে, মতমগী চৎনব প্রেপেগান্দা রাঙাং, ওইদব কয়া লাওনরক্লে।

হৈস, মখোয়গি কুপ্পেসি য়াম ন্ংঙাইরিবজাংনি, চাক খোংবকা লায়রি হায়দ্রন তা লৈখোক্লে। য়াম্ম চিক্তপ্প, তম্নরবোই নীংলপ্প চাকশঙসি মরোল খোকচদব, পেন্দব কয়াদি ক্তমদ্রন লাকইব ময়াম্ম য়েৎনব লাউনব তাবদ ঐ কিবদি লায়রদ্রন ন্ংঙাইরব লীলা অম য়েংলে। অয়াপ্প রেডিও ষ্টেসন্দে শক্লকপ ইশৈ, ঙাংলকপ য়া ট্রান্সমিটর মচা অমদ তাব ফংবক্তম ন্মিং অসিদদি ঐগি নাকোংসিবু চাকথূমদ লৈব পোৎচৈশিংন ঙাংনব খ্বা, খৎনচৈনব লোইন ভাহংল্ল ফন হেৌন।

চক্তুন শোকপ্রেহৈ "হায়বদ্দ কায়ব য়ান খ্বাই লাওক্লরব ইরাম্ম খ্ন্মি: চাক অশাবও চবোনও বিক থগ্র য়াওরব লুপ্পব পুকচাউ-কোক্ত্! নঙন অতিয়াদৈ পাইখরক্লগ চাক য়াইভম হেলি পেদতদি তাগে হায়দন লৈবাক্ত শাব ইরান ঐঙোন্দ ক্লোস লেন্দিং তৌরকইববু করগ ন্ংঙাইভব মলোম লৈবগে?

ঐদি শিরেদন থন ইমা লাওরুরে। ভেরী সোরী কাওব হায়রন, "শোকপ্রেহৈ" কা হায়রিবব্ চাকশওসিগি নিংথৌরাও অদোম্বো?

চকুন খ.ম্বি: হৈ থোঙজাউ নিঙোল, ইকজদবি মুশিন মু! মী উশিত্তব তমগনু, খ্বাইরমন খৈদেনকাওব সন গাড়ীন খিল্লরুগ, রিকশান যুমসিদ য়োরক মৌ ওইরব থা অহুমু কার-ত্রাও? ঐ যুমসিদ চহি ১০ শুন লৈররুব চাকথোং কোর্ম্নে চাথ্মসিদ ইতিক ইপাঙ্গলদ আমেরিকাগি প্রেসিদেন্টগুম্বনি, মীশক থঙেঙ্বা, থকসি থাসি নাইয়ো ন্রাথাং।

ইরান: ঐব্ থোঙজাউ নিঙোল ন্রাথাঙ, সনগাড়ীদ খিল্লকপি মৌ! বাঃ, মীগি মত্তিক মগুণব্ পোককম্ন চৎনত্রা শক্ল চৎনত্রাও লাইরিক হৈত্তবা সঙ্গ তৌদবা? এরোপ্লেন মশা অতেকপা, লম্বাংদ তারম্বদৈ খ্লগ হৈখিব কোর্ম লমজা! মচু কয়া তৈব লাইয়েকপব্ মীন মোংলি হায়হুন নোক্ল-ত্রাও? স্টইপর য়াওদন সহরগি ফজব য়াগত্রা?

চকু: অহল লমন উশিত্তব, চৎনরকইব শাজং লীচং ইনাং থৌশাদব মীন চাউখৎপ পুন্সিব হৌনত্রাও? চাক কৌগে হায়নবদ চাক চারত্রা হংনবদ নঙন থোংব য়েঙ্গাং-পম্নদে। ইরান চকু হায়নব তাত্রা—চকু ইরান হায়নবনে মরম অহুন নঙদি কোর্ম ঐগি ইখানে, ইতুং ইয়ে Junior service.

ইরান: চাক্তমক থোংব, করিগুম্বদ খেচরি-পোলাও অমুক অনীরক চহি অমদ থোংব তাথম্ন, সঙ্গদি তৌদন হুনিয়াগি

Experience দি ইয়াও য়াওদন ঐগোম্বা মমথাক তৌব য়ারোই ত্তাখন। য়েহ্বাং মহে ল-মখোল থোংব, পোৎ কয়া য়ামখিব উবদগি মীন ঐবু উয়ানস্থু কৌখি, অদোম য়াম্ব তাজবথিনি হায়দ্রূন। করি য়েহ্বাং মথেল চানবগে? ঙারা নিয়ামখিবরা নত্রগ কল্লিবেরা? চাক্তি হংনদে য়েহ্বাংগি মতুং ইনবনি থঙনদ্রূন। চহি য়ামত্রবস্রূ সঙ্গ তৌব, experience য়াম্ব লৈজরববদ্রূদি ইকাইখ্রূম্নবিয়ে। মীগি থাক সমাজদ থায়নরিবসি তল নত্রগ চাকহাউ চাবদ নত্তে, য়েহ্বাং অকব অহাওব চাবদনে।

চহু: য়ুম্মাংবৈ পাউ অম লাকপদ থুগাইগদবি ইবান, নঙক হায়গৎকন্রূ ঙকতেনবি। নত্রগস্রূ ইশেন খাবৈদ ইঙ্গিন খিৎতং কয় ওৎপদ শেং কায়দৌবি নঙ, নচীন পংথী থীন্রূ। চাখ্রূমসিদ ঙাল্লিব প্রজা ময়ামগি ভোট থোম্নবদ নঙগি ইরৈ লৈরোই, ঐগি শাগে নাত্তে, বাড়ী-সম্বন্ধি ঙাক্তনে। কিদব তৌনো।

ইবান: ঐঙোম্ব কিহল্লগ শেঙ্গাও লাম্ফোরকনি খল্লুন্রূ তাখন। খাবৈ হায়বদ্রূদি ঐগিদি প্রানের বন্ধুনে, এরোপ্লেন মশাদে পোক্লকপ শাগে ওইরবস্রূ ঐবদ্রূদি মান খক থীন তৌরোই, নত্তে ঐনস্রূ ইবদ্রূকচেল পিকচদবা।

চহু: চাকথুমগি Constituency সিদ লৈরিব ঐগি ভোটর ঐন খ্রূদোঙ্গীন ইঙ্গিড় তৌবদ নঙব্রূ চেগাই ওলহনব ওমদোব মীৎন কুপ্পদ, কয়া য়াম্বি?

শেঙ্গেং কোংঙৌ পুখম তেঙ্গোং কৃষ্ণকান্তি' পিথ্রাই বার্টিল তেকচাউ তেকনা খুজাই মরৈ, অয়েশেন চাইথসেন কোক্‌ কোক'াল শিংজুসেন, খাবৈ চৈগপ খায়াই হৈজ্রাং ঙারেংজে, কপ কেটলী চামচ চাজুম য়োংস্নবি, কেরোসিন স্তোভ প্রেসর কুকর, ৱাইখু-শো-পুনা পিথ্রাই শমুক, য়োংকি খাঙ ঝরপ ঝারি, ময়ামসিগি ভোটন লৈতাহ্নেম নিঙোল নঙবু তাহ্নোকপদি কয়া লায়নি খল্লু।

ইরান: কাম্নরোই তাধন ভোটর মশীংদি লৈতাহ্নেম্ন হেন্নি: চেংফু ইশাইফু কল্বী লৈরং ঙান্থক, ফকলাং চাখুমমাং ফুঙ্গা লাইক্র লৈতাহ্নেম। কপ প্লেট চীনা মাটি, লৈঙোইন শাব গ্লাস; লৈবাক্তে হৌব য়েঙ্গাং নাপি; হঙ্গাম কোবি আলু, লৈবাক্তে হৌব মহৈ-মরোং, চম্প্রা কোমলা হৈগ্রু চাখুমদ চাকপ ফুংনাক্ত ফুম্ব উ-ৱা শীঙ-য়েন, ঈশিংদে ফারগ চাকখুমদ মাংব ঙক্রা ঙামু ৱো ঙামেমা, খাতুশিংসু লৈবাক্তে োকপ ঙাক্লি। কনান মশীংথীব ঙমদগে লৈতাহ্নেম- গি ভোটর। ঐন কত্রবদি তাধনবুদি লায়ন তাহ্নোকপ ঙম্নি।

চক্র: করম্না খোঙজাউ নিঙোল লৈহিংনম? I am the monarch of all I survey in this vast island i.e. চাকশঙ।

ইরান: তাধনবু করি লমদৈ পাইরক্লগ কায়খিব এরোপ্লেন মশানো foreigner নত্রাও মীতোপ, মীরান? ঐখোয় লৈবাকসিদ aluminium, magnesium গি খোং

হাংদোক্লি। মৈর্বাক্তগি লাকপিরগ কা হেন্ন পোংবিগনো। নহারোলন তান্ননি হায়নবনে।

থাবৈ শৎপদ নীংথায়হুন—পুখম তেঙ্গোৎ খুজাই তেক শ্রেং শ্রেং লাওন মথং মথং নোকই।

চক্ষুন শাওরপ লাওরকই: ইশেন থাবৈ। ইমানীবু অনীভব লাঙ্গাউ লোইরমদাইদ চঙাংগৈ মালোমহুরাইদ কায়খিব এরোপ্লেন্দুগি ইমুং নত্রাও?

থাবৈ: কনান নত্তে হায়ব য়াওবগে ইবাই। 1944/45 দা ঘাড় চঙাঙ্গৈগি লঙ্কাং কোক পাট্টা তাবনে।

চক্ষু: অহুদি অতো, 1951 গি মমাংনিন foreigners মীরান তাহ্মোকপদ ঐখোয়দি য়াওভম ঙ্কুকথোক থোক্লেদনা?

থাবৈ: থোক্তে থোক্তে।

ইরান: ভায়া থাবৈ, নংখোয়ন লোয় চঙাংগৈ লঙ্কাংদ লমজা ওইন তাহুন লৈরুবদি কুইরম্ব য়াই, অহুগ লৈবাকি ওইন পানা থোক, অরেপ্প নশক কোকু কোক্‌াল থাবৈ চৈগপ ওইন service তৌথিবদি পংকুই কুইখিত্রি 1970/71 হুরাইদৈনি হায়নৈ।

থাবৈ: কনান হায়রিবা, সাক্ষী লৈত্রাও? থোঙজাউগি ইচন?

ইরান: সাক্ষী লৈত্তে মীতোপ, ইরান কম্বি' চেংকু ইশাইকু লৈবাক মচাশিং ঐখোয়দি ওইদব ঙাংনদে। নবাই অহৈবম কোকু হামুকতৈসিন হায়বনি: চাথুমসিদ মান service তৌরকইব চহি ১০ রোম শুরে হায়ন। থাক-

দ্রগ মাগি Service Book কাক্লন য়েংউ। মরম অদ্‌ন নথোয়ন নশক থোক্ল নমিং নাইন হায়বদি কোফু' কোর্ফাল লায়য় কোন ওইন লৈরকইবসি 1970 দগিনি। foreigners তাম্বোকখিবদ য়াওব শোইজ্রবনি। এন হৌন লাওনি রাতোন্দ তোং।

কোফু': চাখ্‌মসিদ খবক তৌববু চহি ১০ শুরে হায়বনি, থোঙ হল্লুবি মখোঙদ, রাহেংবম লৈকাইদ কমদ্‌ন লৈরকইবদি কুইরপোংনে ইক্লজদবি মুশিনমু, উতোন্দ চোঙা মকোন ওইগদৌবি।

ইরান': ওইদব রানি কুচুশেংদব কোফু', নঙদি অহৈবমদ থাছু ময়ান ময়ায় হৈরগ হোঙন য়োম্বোরকপনে black তা। থোঙ নম্বোনবি মখোঙদ, রাহেংবম লৈকাইদ লেম্র য়োনব ইরং লংব কোফু' কোর্ফাল তেক্সিশিংদ্‌দি Inner line permit পায়রকপ ঙাক্লে।

কোফু': ইশেন খাবৈ, থোঙজু নিঙোলসি অমুক্ত থুগাইবিযুবা থুংশিখিজ্রেদা। লৈকাই চাক চানব য়াওরুবদায় মী কন শিরে হায়ব ভায়, ইমুংসিগি মরীমতা শোক্লেকো ?

খাবৈ: শোক্লে ইবাই, এন যুম্নুদ হায়ররবনে, টৈক্সিরা খাংলা অমদ য়েঙ্গাং থোংনৌ ইরানসি মশা নান্দে হায়দ্‌ন।

কোফু': করি খুম্নকই!

ইরান: ঐ ভাহোই; থাছু ময়ান মক্সানগি কোন্দ য়েঙ্গাং থোংক নমঙ্কি চাব হাওজে, কিন্দ্‌ কিজৈ, লৈভাহেম

নিঙোলন থোংবন থাজৈ, হাওন্নু হাওই হায়নে।
থাবৈ : ইবাই, মতমসি ফত্রে খৎন চৈনব চুমদে। ছিত্র খিহুন খৎনদৌ শরুক মণ্ডপ থাগৎন চানব কৈদা।
কোম্ম : তপ্তা লাকনি হায়নবহ্ লাক্তুন কাক কাক খৎলবদ কায়ব ম্নাওরবদি মুংঙাইনিদা।
ইরান : তপ্তা লাক্লগ চাখুমদ চংবগি অধিকার লৈতে, সুপ্রীম কোর্ট লৈরি—য়েকশলাই খঙদবাও।

মতমসিদ অঙাংম্নুবি থুংলদুন থোঙ গে হাংলক রেডিও ওক তৌখি।

তাবু তাবিরবদি উ-রা, লম্বী থোঙ ভূরেল পেন্সব কয়া রেডিওদ লাওজনীংব জাৎনি। মীচঙ নাইদন মরা তাবিব, অচুম্ব ফজবদো সাহিত্যনি, Propaganda গি মুগসিদসু। লৈপলন ফল্লা.ন মথক্ত হামক গুন্নু তৈশিন-বিরবগি শাওরিব, থোংজিন্দ মাঙ্গোন্দ য়েন্নখাদ অঙাংম্নুবিগি মনপ মতিন—পান মহি, মথক্ত গাড়ী অচৌবন নেংথায়-বগি থুল্লক লম্বীন অয়ো য়ো থোংইব, হুইন মচৎ নাই-দবগি শাওরিব তাবিত্রবদি চাউখৎপ খিনগেদনি।

ওইজব ফংনব মীনম্ব শন্দোক-রা তানদৌ শরুক ম্নাঙাংব থোকচদব হৈজদব মথোঙ মথুং থুদেকপিরব অঙাংগি শান্নপোৎশিংগি খনুংদ লৈব অশেংব পেন্দ খোল্লাওশিংদু তানরবদি তাইবংগি অরা অনং কয়াম হুহ্নগবা।

( by Courtesy of A. I. R., Imphal )

# হৌদোঙন ঙা চাব য়েংব।

## ( মতাং ৩ পার্নব লীলা )

### মীকোক।

১। লালুপচিংব ( উচেক-ঙাক ) চহি ৫০
২। আগরসিং ( মচা ) " ২৫
৩। থোম্বে ( ঁরাইখ ) " ৪১
৪। চৌধুরী ( হরাইরাং ) " ২৪
৫। শিরোই ( তাঙখুল ) " ২৬
৬। সুরজিৎ ( শওম ) " ৫৪
৭। প্রকাশ ( শদং ) " ৫০
৮। লৈহাও লৈরেন ( ঙানোই ) " ৪৫
৯। থাবলৈ ( ঙাতোন ] " ২০
১০। কিস-মী ( চীং নিঙোল ) " ২১

—:(০):—

স্টেজ ফিরেপ :




A— পুখ্রী ; B— লৈকোন ; C— খোং
D— হৈকোন ; G— গেট ; R— লম্বী
y— য়ুম ; a— মনীংথোঙ ; b— মমাংথোঙ

# হৌদোঙন ঙা চাব য়েংব

জি, সি, তোংব্রা

## মতাং—১

নিংথম থা অয়ুক পুং ৭।।০, নোংপোক্ক সুমিৎ, হৈকোন লৈকোন্দ হয়িংখোইন ঙংব, উচেক মচান খোংবগি সুংশিব ইশৈ। নিংথম ফিজোল, নুংঙাইব ইমুংগি ফিজেৎ-চাকচা। যুথল হায়দোকপদ খোম্মৈ থাকি খোংগ্রাও অমনব শেৎ শেগাইব লিং, ব্রাকোক পায় খোঙ ঙাকই। (A) দা নুংশা য়াই লেপ থাবল্লে লৈকোন্দে হেকপ লৈন নাচোম শেম্মি, লম্বীদ শিরোই ঙারাকপিন মাবু য়েংদুন হঙ্গৎ হন্দা চংলি মপাদ। (C) দা লৈহাও অমদি ডোক্তর সুরজিৎ লেপমিন্ন লম য়েংমিন্নরি, হঙ্গৎ হন্দা চৎ ব্রারী শাব মতৌ মাল্লি। ডোক্তরন লৈহাওগি মশাস্থু মিহুলসু য়েংই। ফমদুন অমুকসু নোকমিন্নৈ।

থাবল্লে অমদি শিরোইন মমীৎত য়েংনৈ, লৈদ থিন্নৈ—নুংশিব মতৌ উংনৈ, লৈ লংনৈ, ব্রাদি ইঙাং ঙাংনদে। মমৈদ থাবল্লেন লৈ নাচোমদু শিরোই তাঙখুলদ পীথি। শিরোইন মঙ্গোন্দ আনোক ফজব ১ পীরম্মি। মথুৎ হায়নরগ কায়নৈ। মখোয়নীন য়েংনরিঙৈ পোৎ চৈ পীনরিঙৈ কেরানী চৌধুরী লাক্লগ কাইল য়েপ খোম্মেদ চংগে হায়রৈ। চংহন্দে, ঘড়ি য়েংলগ, চৌধুরীন নাচোম পীনবদু মমীৎ থান য়েংখি, থুদোম্বীন খিন খোম্মৈদ তাকই।

খোম্বে: পুং তাদ্রি, চংব য়াখিরোই।

চৌধুরী: তু আদেসি উদ্রাও?

খোম্বে: য়েংঙূনু, মীং শিংলগ থরাই নাবনি।

কেরানীদ লাপ্প তগংলম থাবল্লে চংখি, শাওনীংম মুগ্লীম চৌধুরী তন্দে মান্দে হনখি। ডোক্তর সুরজিংন চংকে তৌবদ লৈহাওন থাম্মগ ফমহল্লি।

লৈহাও (C দা থিল্লগ): মমল য়াম্লব খোং তাক্তনি, থাও কোইলা, সনা মণি নুং খোকনি হায়নরব। তৌনব মেসীন অহোংব অমত্তং?

সুরজিং: ফংনি, ঐ থিরুগে লৈবাক কয়াদ চংলগ। সেকেন্দ হেন্দ ফরিবহ্রু মথক্ত রঙ তৈরগ, make up is life now.

লৈহাও: য়াই! চহি অমরোম্মু শিজিন্নব য়ারবদি মী অয়াম্ব কাউগল্লি শেন্দোংদি দোক্তরগ ঐগ, লৈবাক্কি সেবা!

(মথুং চিংনৈ)

সুরজিং: ফিপ্প্রি ফিপ্প্রি!

লৈহাও: কাউনরগুমসিকো?

সুরজিং: Sure—as lovrs do.

লৈহাও: Thank you. (অমহুন চংলগে তৌবদ) wait a minute. (ইমুংদ পুশিল্লগ পোং ময়োম মচা ১ পীরগ থিনদোকউই, খোম্বেন করিনো হংবদ উহনদে।)

ঐন য়েংলবনি খোম্বে—য়ারে।

(মথুং হায়নরগ চংখি, লৈহাও চংখি)

আগরশিং সূট, টুপি, কেবেঙ্গা পায় ইংলিশ Song ভংখিমা লাকই, কিসমীন বেল বটন শেং, সূইটর হকচাং ভপ, ওভরকোট মচা ১।

We should love each other—Love
We, the hill and the plane
Should love each other now
We have no other way out,
but to love each other
Love and melt one into the other

(ইশৈ শকমিত্র শয়রগ মথূং অনীছু বাংন কাকংলি, অহূদে নর্কশিন্ন মকোক থেংনৈ। মথূং অনূক থাদোক্লে—পাক্ল নরগ চিংশিন্ন মখাই অনী থেংনগে ভৌই, অহুম লেংগোয়ে।)

মথূং শমন অনীছু তান্ন চং থেটত্তা চংগে ভৌখদ খোম্মেন "হোলট" লাওবদ চপ লেপ।

আগর: Why?

খোম্মে: By order.

আগর: ঐ কনাই মচানো তাখোম্মে?

খোম্মে: ওর্দরগি মচানি, ছোট বাবু। থঔকৈ।

আগর: অদূদি করিগি ঐন চংথদ থিংইবা? তারক্ত নিংথৌগি মচা মন্ত্রীগি মচা কয়াম চাউনৈ?

খোম্মে: কয়াম চাউনৈ, আইনদি মীশক য়েংদে হূঁজুর। চংখিবে হায়রগ চীংচগূ থখিরগূ ভম্পাকতমক চংখিবো, মতম্নি।

আগর : নখোয় অহল্লোয় মতমগি মীৎখৎ খঙত্রাও ? মতমগ ইরোইনন ইমানী তাওখরকইবনে।

খোম্বে : ঐদি দামনি ওর্দর ইন্দব য়াদে। ( বাব গেট থিংই। অনীছুন মথং মথং কান্নগ চংখি ) আগরনা কিসমীবু মখুং শম লম-হিক্সোলহ্ য়েংমিয়ে - তাকই করি করিনো মুক্নম মুক্নম শোন—হরাওমিয়ে। ইমুংদ চংমিন্নরগ মেজ মচা চে কলম পুখোরকই। মোড়া নত্রগ চৌকি মচা ১ পুখোরক কিসমীবু কমহল্লগ মহাক্ন হক্সং হন্দা চংলগ য়াহৈ খয় দিক্কেট তোই—চেদ কলম ইশিল্লি, ষ্টেনোগুম—ঙ্গুংশিনবৈ মীৎয়েংস্ন য়েংনৈ।

আগর : চীংদৈ ভুরেলগ তম্পাকি দামগ য়ান-চে অম। ইয়ু, ( ইমোসন য়াওন ঙাংব, চংপ য়েংব )

কিসমী ( ইশিন্ন ) : ইবিরে।

আগর : নোংম খৃষ্টমাস মমাংদ,
চেহ্নরকথি চীংথক্কে লিক্লাই মহীগুম লংলবি
মুজা অম মমিংন মাগি—
নমিং করি হায়য়ে ?

কিসমী : কিস-মী-কুইক।

আগর : Good, মুজা অম মমিংন মাগি কিসমী কুইক ইবিরব্রা ?

কিসমী : ইবিরে।

আগর : খেংনবি মাগ ইস্ফালগি কেসন সোপ অমদ তম্পাকি

পিবা অমগ, মমিংনা—মমিং খঙবিরাও ?

কিসমী : খঙবিদে। ( মোমোন )

আগর : মমিংন মাপি আগরবাবু।

খঙনখিদে মখোয়নীহ্ উনবন হানবরা মুংশিনবন হানবরা।

কিসমী : চীংগ ভম্পাক থানব য়াদবগুম উবগ মুংশিবগ চপ হেক মায়খিবা ? ( মোমোন )

আগর : Quite right, ভাইখো, বা অম হংবিগে উত্রিদৈদ হায় মুংশিব হায়বসি খেংনথ্রবা ইচল ? ওইখোক্কব বারাও ?

কিসমী : মীওোন্দদি হায়দোকপীগনু কো—ইবুং ঐ অশেংব বা ভাকপিগে।

আগর : ভাকপিয়ো, অশেংব বাদি মী খুদিংন ভাব নুংঙাই-নবনে।

কিসমী : য়েংও ইবুং, উত্রিদৈদ হায় নুংশিব হায়সিন্থ্ লৈবনিকো।

আগর : লৈবনি, লৈবনি—লৈজসনু। মশক উত্রিদৈদ হায় নুংশিব ! ওইখোক্কব নত্তে, ভাসি হায়যু ইচন। য়ায় নুংঙাইব বানিনে অদুদে।

কিসমী : মমা মপা ময়াম মশক খঙিঙ লমচৎ ফজে, ঐগি চহি মমায়ব পাখঙ মনাওদু ঐদি উত্রি—মহৈ ভম চৎখিকো।

আগর : অং—go on.

কিসমী : মশক্তি উত্রি মনাওদো ঐ নুংশিরে।

আগর : অং অং করয়া মমীৎ নামত ওইরম্মদি ?

কিসমী : ওইদে, ঐগি বাথন্দ মমা মপা ময়াম্ব অদুগি মশক মচুদে পাখণ্ড কজব অম পুক্লিংন লাইয়েকপীব ওম্মি। মওোন্দ ঐ নুংশিখোকপ ওইখোক্তব নত্তেকো।

আগর : Quite right darling, হয়েং পাখণ্ড অশেংবদু উরগ মাম্নরমত্রবদি কমদোবা ?

কিসমী : মাম্নগনিদা ইবুং, থর খিজিক থেম্নবদুদিকো excuse তৌবিব য়াই। মাম্নব অতৈদু নিংশিং—অদুম নুংশিবিব ওম্মি।

আগর : ঙাইখো, ঙসি চাংদে চেন্থরকপ লিকলাই মহী মানবি চনু নঙগ ভম্পাক্কি পিবা ঐগ হেক উম্নখদ নুংশিন-থোকখ্রে। উনত্রিঙৈ ইমানীবু নুংশিমখিত্রা ? নিংশিংউ।

কিসমী : ( নোকফেং তৌ নৈ ) মদুগিন্থ হায়খিসিন্নাও।

আগর : হায়বিগদবনি, পুক্নিংদ কুম থম্নবদি নৈ অপোম্বগুম মনম নম্বিদে।

কিসমী : ইবুংগি হাম্ন হায়বিয়ো—ঐ খিজিক ইকাইজে—কোম্ন হায়বিগে।

আগর : উত্রিঙৈ হাম্ন নুংশিব ওইখোক্তবদি নত্তে, মরমদি তাইবং মীগি ভাবন য়েকপ-শাব হায়ব অম নৈ। চাংমী কুচু ফজে, মশা ফগল্লি, মরম ওকই ( ইকাইন নৈ কিসমী শাহৌ শাবান কজব অমত্তং উনীংবন থৌয়াংলিব ঐনি কুইরবভুংদ ইচন হেক উবমত্ত কেসন সোপ্ত মুমিদাংবাই থাংমৈ মঙাম্ন মখল মচুগি ফিজেংগ নৈতেং, থবাইন থনুংদৈ

খংল্লাক্ল ল্লাওরকই—"ভো, উরিন্নসিনে নওন নহানমথৈ থির-কইবল্লো।। ওহ। নওব্ হেক উব মীৎকুপ্লো! কল্লি হায়নি ঐগি থুল্লাইসি হকচাংদে থোক্লগ ননাক্ত হল্লাচাবা চংখিরবনে।

(লৌম মোমোন নোক কিসমী লৈ)

ইচনগিন কমদৌথিব ভারসে? অশেং অশেংব হায়দোক-পব্ কৈদৌবগে, খাজনা থিপোং নত্তে।

কিসমী: চীংগি চম্ন ঐথোয়দি থবক ল্লান নোত্ববনিন্নে, তম্পাকি নিঙ্খোন মৌশিংন তন্দুন কেহুন ল্লানী শা শাহুন লৈব উবন্ন মথোয়বু কল্লকপিবনিবে। পুম্বুম শাংপি লৈশা ওই ন্নকঙৈদে তম্পাক পাথঙ মশক কজব, মশা নানব, মহৈ-মরল ল্লোপ্তব, মন্‌পীব্ লূন, লূন তৌবিদৌ মানব অমত্তংঙি হায়হুন ইল্লোংন কোইথি খিরকপ চহি তরেং গুরবনে। কেসন সোপ্ত ইব্ংব্ হেক উব ইভনীংদ্দ ঐগি ল্লাথলন খল্লাইমিপ লোইন মতুং ইল্লগ নয়ুম য়োৱকপদ্ ইব্ং উহৌদেকো?

আগর: হায়! অদ্গি ন্ংদাং ওইব ভারে, কোম্বোংদ ঐন স্নো পাউদর মনম ল্লাহ নমখিবদ্ নওনা লাক্লম ওইব ভারে। My good God!

আগর: নব্ক শেংলবি কিসমী কুইক। চীংমী চন্ শকহেনবি নঙ, তম্পাকি পিবা ঐগ লৈপুন ওইরুচো হায়দ্ন যীওন থারকপ অশেংবনি। কদায় নখুত্ত্ পীয়ু—

( মমাই খিত্তঃ লৈথোক মথুং য়েং ভিংথোকই ইকাই ইকাই। আগরন মথুং অনীন থুদাং অমদি থুংশাদু পায়রগ পায় য়েংই, অহুমলক চুপ্পি খুদাংদ—অদুগ থাদোক্লন মমাইন মথুত্ত থম অহুম লৈপ্লে।

কিসমী: তম্পাক্কি ইবুং থাদোক্লসে, ওক্লে।

আগর: থাদোক্লরোই ইচন, চীংগ তম্পাক কায়নব য়াদে। মতমগি অকনব নোংলৈ মুংশিংন মাং-তাকহনব ওমদনব চীং-তম অমত্ত ওইব তায়।

( মথুং নামহু শেগ্রাক্ত চপ্পগ চিংবদ কিসমীন খাংহুন লৈ। ওহাক Freeze তৌই, নুংশিব গীটরগি মথোলদ তৌও)

( থাবল্লেন চা কপ অনী থনম্মগ চংখি )

কিসমী: ওাইথো, ঐ ব্রা অম হায়বিগে ইবুংকো। ঐবুদি ইবুংবু য়ায় নুংশিবনিন নুংগি মূর্তিগুম ইমানী স্সুম, অস্সুম মুমিংন থান লৈরিবমথৈ থাদোক্লদন লৈব পাম্বিবনে। অতুবু, ঐগি মপা মমানদি করি হায়বিনি? ঐবু মথোয়ন য়োকপি থাকপিরকপনিন মথোয়গি মব্রা মথোলস্থ তাবিদব য়াদবনে। (চা থক্লে)

আগর: হায়য়ু তাসি চান্নবি, ঐগি ওইরদোরিব ইফু ইনেয় ইমানীন নুংওনমিন্নবদ, চীংগ তম্পাক অমত্ত ওইবদ করি হিগাইরান নুংথং ওই থুগাইরনি। অথাকপ লৈতন শেংন তম্মু। (থুক্লথুদক নাম কুন, মনা থাঙ্গং, মাবু অহুম চপ, তারি খৌরাংন )

( থাবল্লে G ব্রাংমদ চংখি য়েংন য়েংন )

কিসমী : নখোয়গি অহল লমন্ন লাইনদৈ চীংমী ঐখোয়বু য়ায় হন্থন তুকচন উখি, মীনাইগুম শিজিন্নখি, ঐখোয়বু চাউখংতবগি শক্তম্লি হায়দ্রন চৈবদ শিজিন্নে, হাও নাই, হাওনুবী, হাওরিংজেল নাইরিংজেল অসিনচিংব রাহে কয়া নখোয়গি লোলদ য়াওরি হায়। মদ্রইদমক ঐগি ইপা-খোয়ন তম্পাকি ন্রংশিন্নব ইব্রংখোয়দ শাওবগি কিবনে। মখোয়দি মদ্রই লমন খ্রম্লি হায়দ্রন শীংলিবনে। মন্নম অদ্রন ইব্রংব্র য়ায় ন্রংশিরুব কিজবনে, কায়নরগ ইপি য়াম তানি হায়দ্রন। ( খাদোক্লরে )

আগর : কায়নরোই অহল লমন্ন হায়ব ইনবি ইচন' ইতিহাসকি লাইবক থীব রাশিংদো কাউপ্রো ; লমন শিংলে হুজিক চীংমীশিংন তম্পাক মচাশিংদ, অরাংব অচৌব কম কয়া কয়া চীংমীন পায়প্রে, তম্মীশিংন মথাদ কম মকোক নোন্নরে, minority group কি খুদোংচাব কয়া লৌদ্রন পুন্সিদ য়ুম্বান ফগংনব লম্বী চাউন কাংলে, তম্পাকি মীন কল্লক্লরে। চীংমীন নিংথৌজা শাগৈগুম্মে। মীতৈ অপঙবা, মীতৈ চাকয়ামচা, মীতৈ অতনব হায়দ্রন অহল লমন্ন চৈনব হৌরক্লে ! ইতিহাসকি মতাং মতাংদ মাই-পাকপ মাইখ্রব মতম লাকপ মহৌশানি। হাও, মীতৈ, ময়াং, পাঙল হায়রগ জাৎপুদ খঙনবনি, ফত্তব ভাব য়াওদে। হুজিক ঐ মীতৈ ওইব ইকাইজরে, হাওরা পাঙল্লা ওপ্পরগে। ইমানী হুজিক লুহোংলসে ? ( মখ্রত্ত ম্ভাপ পায় )

কিষমী : ঐগী মপাগি য়াথং লৌখিগে ইবুং, অদুগ লুহোং সিকো। (মমায়দ নাল্লি)

আগর : মরক অসিদ ইমানীদি করম করম ? (কপ্লি)

কিসমী : অদুম হুংশিনসে—তোইন রারী শাসে। ইবুংগ রারী শাবিবদি য়াম হুংঙাইবনে। ইশান চৈরমল্লি ঐবু উদবগি—কো ?

আগর : চৎসি থিম্মোক্লগে। (খোকমিম্নখি G রাম আগর লৈহোই—মখুৎ হায়নৈ—ইমুং চংখি)

(মুমিদাংরাই—শজারকপ, সন্ধ্যার্তি মখোল। তফিং-ভফিং লালুপচিংব চাপ্রাসী পোষাক শেৎ খাকি খাও অমদা চে-নুং খর হাপ, উহৈ রাহৈ ভযোক খরম্ব য়াও ময়ুমদ হুরকই।)

লালুপচিংব : করম্মো খঙদে করম্মো, লৈবাকসি মাঙলে ! মহৌ শাগি সনা লৈবাক্তু নত্রে : পোৎন তাঙইব, মীন হোঙইবা। খাইনদি থবক হাপ্লদ, কম রাংখৎপদ, ঠিকা লৌবদ ওইজ ওইথক থংদোক থংজিন্দ শেল তিংনরম্মি ঙা লৈনরম্মি। নাকল অনিমক কাম্নরম্বদু খরব ফরম্মি। করিনো হুজিক্তি মী মকোকপু য়োম্নরে লৈনরে হায়রে চুম্মিত্রাও ? হা খোমৈ ? মী মকোকসিবু ঙাতেন মকোক রৌ মকোক্লুম।

খোমৈ : ঐগি কোকসিগুম্বদি কয়া শিংনৈ হায়বগে মাইবুংঙো ? লুকমাইদ হাপ য়োম্নরবজাংলা ?

লালু: কনান খঙবগে নঠৈ, পাউ তারকপদনি ঐদি।

খোম্বৈ: খঙ্গ্রবদি লুরেনে, খৈদেন কাবদ কোক পুব ম্যাদ্রে, য়ুমদ থনম্ম কাব তারে।

(চাপ্রাসী পোষাক হোংদোকমিন্নৈ, খাও ওকই, চৌকি খারগ ফমহল্লি।)

লালু: অঙাংশিংদি কদায় কদায় চৎল্রে? পোংচৈ মাঙ্গ্রহা খোম্বৈ? য়ুম হিঙ্গোলগি মপু নিংথৌ লেংলক্লে, প্রজা ময়াম কারকউ হায়দ্রন মোইবুং খোংগেরা, সগোল পাউ চৎকেরা?

খোম্বৈ: মরূপ মপাংদ মদং তৌখিব, খুদোনপোং তমখিবদি খঙ্গুব ঙমদ্রে, হূখিবদি উজদে।

লালু: নৈবাক্কি লন থুমসি মদংক, খুদোনগদ লোইদৌরিব-জাং ওইরে! উচি হাংনব য়ুমসি মৈদা।

খোম্বৈ। নৈ-মপু মাইবুংঙো লেংলক্লে, প্রজা ময়াম নৈজব অথেনপোং কংলরো। হেল্লো, হেল্লো!

(চা বিস্কুইট উঠৈ হাওতব আগরন লাল্লে, নৈহাওন হিদাকফু ঙাম্বক পীরৈ।)

লালু: খোঙ মনীঙ মমাঙ লোন্সিল্লু, উচি হৌদোঙ চংগনি—মতমসি ফক্ত্রেনহৈ খোম্বৈ।

খোম্বৈ: লোঙ্গরে মপু ইবুংঙো, ননাইবু লোইব নৈমাবা। হুরানগ্র মতুং মৈরিংবা।

লালু: হৈ! ইচা লাংলেন থাবল্লেদি? লৈহাও লৈরেন নঙবু নচা ৱারক্লাও?

লাংলে: মথন্দ ৱারকচব হৈনব নুংদাং নুদাংসি থর থর থেঙন walking talking গি থাদোকচরি। লৌশিং তানব চৎলিরনি।

লালু: করি কান্নরকদোরি অহুনা? মশা নোইথং লুমথৎনবরাও?

লাংলে: মান মান তৌজব থবক্কি মহৈ লোকচবদনি। জ্ঞান তানশিনব, এক্সপেরিয়েন্স য়াম্ন খুনব শেন্দোংনি পুন্সিগি।

লালু: লৈহাও লৈরেন নঙ নচা পিশক্তুদ পুণ স্বরাজ পীরব্রাও? নমা নচাস্থ ননীং তম্নীংবন ঐবু পরপ পরপ চুড়াম্ভাবদ পীনিংলরিনি।

আগর: বাজিবু পরপ পরপ মাংহন্নীংৱৈ ৱাথলদি লৈজদে। তুক খিৎতং মুংঙাইতব হায়ববু ঐথোয়ন অঙাংপিশক কাকৈ কাকৈরিঙৈদ ঈশিং মপান্দ চৎকনু, মৈ পায়ক্কনু পোকপনি তাকপি, য়োকপিরকই নচাশিংবু। মহুগিদমক থাগৎচরি—পুন্সিচুপ্প লমন তোল্লি—মেনী থেঙ্কস!

হুজিকতি পাথঙ লৈশাবী ফা জ্ঞান, তানরক্লবনিন মপুং ফান নীং-থা তঙ্গ পীনবিরো, ৱানবনি হায়জবিবা?

লালু: লালুপচিংব ঐবু তাংবন্দৈ কুমথরো, নফম ভারো সিনিনে? (লৈবাক ফম্মি)

লৈহাও : পোথাব মতম চারে মুংঙাইবিরো হায়বনে। লৈবাক্তা ফম্বসিদি শাংদোক্তুন হিপ্পন্থ য়াবনে। চৌকি মথোঙ তেক্লবদি থীন তুব য়াই—লৈখাদ।

লাল্ (শাওন ফং হৌগং): ঐবু ন্পী অঙাংন ম্নারক্লবদি হিংবদ মতিক চাত্রব হন্ব শোইরোম্বরাও ?

(ফন ফন চোং) ঐব্ অনক্ষিংলাও হকচাংসে ? উচি হৌদোঙ য়োক্লগ লৈবাক্কি লন থুম মাংহনগে থৌরাংবহ্ থঙত্রবা ব্হুরা ঐবো ? I am the monarch of all I survey—ঐন উম্নিব য়ুম হিঙ্গোল, লন থুম পুম্নমকসিগি মপু ঐনে। ঐগি হুকুম নখোয় খুদিংন ইনগদবনে। Fall in !

খোম্বৈ, লৈহাও, আগর পরেংদ শংশং চং লেপ্লি।

Stand at ease ! (তোই) Attention ! (তোই) Left Turn. (লৈ) March time. Left, right, left. March for ward ! (চংহল্লি) score halt. Stand at ease. খিগংল নোকমিম্ন থাবল্লে, চৌধুরী, শিরোই তাঙখ্ল মথ্ং মথঃ মথং পায়ন চংলকপ উবদ লাল্প্ন চৈ অম খ্ল্লগ খোঙ্গান্দ ল্ম লৈ।

থাবল্লৈ : Please come in, করিমত হঙ্গোইবিনো, ঐগি য়ুমদি নয়ুমনি খল্লো, লাও-ও—

(মখুং তিংখোকপদ চৌধুরীন পায়, চৌধুরীগি তিংখোকপ মখুংন শিরোইন পায় চংলকই।

লৃমহুন লৈরম্ব লালুপ্প মচান্নুপীদ চৈন কনবদ মখুং থাদোক্নে, লালুপ্প য়ৈগে হায়হুন ধমকা তৌবদ অনীহু কিন চেনখি। মচানুপীন লেপ্প য়াওরুই।)

লালুপ: Attention, (লাওবদ অতৈদি তৌই, থাবল্লৈদি stand at ease দা অদুম লৈ।) (Lecture তৌই) নুংশিরব দেশবাসী পুম্নমক! পোং মমল হেন্সংতনব থবক শূভম নোম্ভম ৱাংতনব, য়ুম্বান ফগংহন চাউথংপ লৈবাক অম ওইহন্সি হায়রবদি দিসীপ্লিন লৈব তায়, শাস্তি থম্ব তায়। মীগি মচাগ মান্নদুন য়ুমগি পোংচৈ লন থুম মাংহল্লোইদবনি। হুজিক ফক্রব মতমনি, মীগ মীগ নুংশিনদ্রে, থাজহল্লগ হাংপদি চাউথংলে, লুকমাইদ হাপ মীমকোক য়োন্নরে, লিশীং ৫—লিশীং ১০ দা! ফিভমসিদ ঐখোয় করম্না হিংদগে? থোঙ মনীঙ মমাঙ লোনশিল্লো, উচি হৌদোং চংগনি। মপান্দ থোক্লনো, য়ুমদৈ হেল্লনো—খুদোংথীবন লমজাউ শোড়োক্ত ঙায়দুন লৈরে। ভাব তারবাও! খোম্বৈ!

খোম্বৈ: হুজুর। (খোংকাপ নাম থাংদোক চপ লেপ)

লালুপ: ঐ হয়েং অয়ুক ঙন্তা লংকৈদ টুর চংলনি। নুমিং কয়ানীনো থঙদে। ঐখোয় সাহেবন নুমিং লেপ্প ঙমদ্রি হায়, ১০ নী ওইব য়াই হুম্নিদ ওইব য়াই। ঐহাক লৈত্রিঙৈদ নঙন ইহুং শিন্দুন ঙাকহৌব তায়। ইমুংগি মী মরম চাদন মপান্দ থোকহনব য়াদে, মশক মুম্ন থঙদব

মী য়ুমদ চংহনব য়াদে। ভাব তারবাও? মতমসি নঙ খঙেংদনা?

খোম্মৈ: য়েস সার।

লালুপ: ঐ চাক ঙন্ন চাগে, লৈহাও চাক খোংদোকউৱো।

লৈহাও: ফনি। (য়ুমদ চংউরগ মফি খর নাম্ন শেংলু কোম্বোং ময়াদ হঙ্গংহন্দা চং মী লাকপ্রা য়েংউই।)

আগর-ইমুং চংলগ মফি হোংই। লৈহাওন পোং ময়োম ১ পুরগ লোন্ন চেনখিদোবগি তাঙ্গা য়েংই, ঙহাক থোক্লম, অমুক চংখি। খোম্মৈন পোং-চৈ লোইশিল্লি।

লালু: নুপীমচা, থাবল্লৈ! নঙব্ কৈদোরিবনো?

থাবল্লৈ: শাওরিবনি বাজি, শাওরিবা।

লালু: কয়া য়াম্ন শাওরিবা? অহুক কুইনা?

থাবল্লৈ: শাওব হায়বব্ করি হায়নি—বাজিদ মীন নোংমৈন কাপকে হায়হুন ভম্লব কান্দ ঐন উরবস্থু তাক্লীংদ্রে।

লালু: ঐঙোন্দদি কনান নোংমৈন ভমদোরিবা?

(কিব—কোইন য়েংব)

থাবল্লৈ: চীংমী নত্রগ মুশ্লীম অমন ওইব য়াই। নত্রগ অনেকপ মীতৈনা।

লালু: ঐগি করি ইরাল লৈরহনা? হুজিকপু নোংমৈ পায়হুন ভম্ব য়াওরব্রাও? (কোইন য়েংই)

থাবললৈ: খঙদে তাকওই। অসাই বাজিন তাম্বোকখিব অনীদ্ খঙব্রাও?

লাল্ : খঙদে, নভুং ইল্লকপদ্দ য়েনীংবৈ য়াদনি।

থাবললৈ : য়েনীংদোব নত্তে, লুনা চায় তৌনীংগদব ঙাক্তনি। অমন চীংমী, অমন মুল্লীম, ঐন তম্মী। অছুমসি চায়-য়বদদ লৈবাকসি মরা তপ্প পানগনি মদ্ই য়া তাম্নব লাকপনি। হন্য়ব মতমগ চানয়্রব অমমব মীন পাউয়ার অদ্ক পায়নীংব করিগিনো লৈবাক নংনবা? কনা কনানো আদৈসিবো? বাজি ইমুংদ লৈবিরু।

( মপা কিন চংখি )

( আগর পোং ময়োম পুরগ চংগ্রে। থাবল্লেন সম্বন্দ হিঙ্গোল অকোইবদ মী লুমত্রা য়েংই, ঙাইবগি মতৌ মাল্লি। মমা লৈহাওন প্রকাশ লাকপদ থোক্তুন ওক্লগ Gate য়াংমদ য়ারী শারুই হঙ্গংহন্দা চং Down ( right ) Stage লোমদ। Up stage Left corner দা থাবল্লেন Md. Chondhury গা লোয়্ন য়ারী শারি, চৌধুরী ক্ষমদ্ন লোংলম্বদৈ থাবল্লেন চিংখং। খোম্মেন লাল্প্প্ চিংলগ লাপ্লপ কুম্মৈ অনীদ্ য়েংহললি মিহুংতৈ। মখোয়নীস্থু অমুক লোংলগ য়েংই থোঙজিন্দৈ, মুরুম মুরুম, শাওনীং মতৌ তৌই॥

Spot light কংলগ প্রকাশ মমাদ অমুক মচানুপী চৌধুরীখোয়দ অমুক—অদ্দৈ লাল্পক খোম্মেগদ alter-nately কাপ্প কৈ।)

লৈহাও : গুদ ইভনীং, লেংলকপ মুংঙাইরেদা।

প্রকাশ : গুদ ইভনীং, থেংক য়ু। কনা কনা লৈবগে?

লৈহাও : য়াম্ন লৈ, অমত্ত লৈতবগুম্বনি, নেভর মাইন্দ। কুইন হংনীংদ্না লৈরব রা মত্তং পুলিশ সাহেব?

প্রকাশ : করিনো, তাকপিয়ো।

লৈহাও : লৈবাক অমদ নত্রগ লৈকাই হায়রো খুঙ্গং হায়রো অমদ হিংসাগি খবক ১ থোক্লে, কনান তৌবনো খঙনদ্রে, পুলিশন ফাব ঙমদ্রে। হিংসা তৌরুব নিপা নত্রগ মুপী-দ্দি লৈকাইদ খুঙ্গংদ্দ লৈবাক অদ্দ অদ্ম লৈ। মাবু খঙব য়াওরবস্ মুংশিদ্না নত্রগ কিদ্না মী অতৈন তাক-থোক্লুদে। তাকথোক্লুদবদৈ হূরান চিন্থী, লাকপ মুনব, লোন্ন য়ৈরম্ব হাংলম্ব ক্রাইম হায়বদ্ হেঙ্গংলকওইদ্রাও?

প্রকাশ : তংশংন হেঙ্গংলিবনি, মীয়ামগি লাইবক থীব হায়বদ্ ওইরিবনি।

লৈহাও : কনান থীহল্লিব লাইবক্লো? করিদৈ থোকইবনো?

প্রকাশ : মরমদি য়াম্ন লৈরম্ব য়াই, ঐগি মোত্তা; খরাইদৈ নক্লব মরমদি প্রজাগ পুলিশক মুংশিনব রাংপ।

লৈহাও : প্রজাগি মরূপ ওইভম থোকইব পুলিশপু প্রজান মুংশিদ্রিবৈ মরমদি? অতুগ পুলিশন খাজনা থীজরিব প্রজাশিংবু করিগি মুংশিদ্রিবা?

প্রকাশ : তাইবংমী হায়বসি মরালবুদি খর খর অদ্ম লৈনখ জাংনি। পুলিশ কনাগুম্বন মখৌ পাংবগি রাকোক শিজি-ন্নিবগি, য়ামদব তোলোবকি মপাঙ ওইনব ঙা মচা ১, হৈ মশুং অম চাক্লবগি চাক চগ্রীং অমন চেংকোক অম

মাংহনবগুম প্রজা খরন পুলিশপু শাওনীংলম্ব য়াই।

অদুগ অমরোমদ অমুক প্রজান খঙন খঙন অরোনব পাউ তাক্তবগি, সাক্ষী ওইব তনবগি, মরূপ মপাংন আইন্দগি হেন্ন লুই খনবদৈ মতেং পীদে হায়দুন পুলিশন প্রজাবু শাওনীংলম্ব য়াই।

লৈহাও: সাহেবন তাকপিরিবসি খরমথৈ চুম্নবসু পুলিশক প্রজাগগি কারক্ত শিংচেপ অম থারিবসি কনাননো। হায়রবদ ঐগি মোক্তদি: মতম্নি হায়নীংই।

প্রকাশ: মতুসু য়াম্ন চুম্বজাংনি। মতমসিন ফজ্রবনা ফজব অরাংব ফিদম ভাক্লব ভমদ্রে।

(মাইকৈ খঙদন নোংমৈ থং কাপ্প তাবদা পুলিশ সাহেব মপান্দ চেনখি, মকোক কোল্লগ, লৈহাওন ইমুংদ চেনসিনখি।)

লালুপ (মকোক্ত মখুং ২না ভাক): কদায়দৈ নোংমৈনো? ঐন নখোয়বু থোঙ মনীঙ মমাঙ লোন্সিল্লগ লৈয়ু হায়দ্রাও? পুকচেল চাউনীংবদৈ নকোক কেল্লম্মোইদ্রাও? (চংমিন্নখি, মাদুন য়েংই)

(করিমত খোশাদন চৌধুরী অমদি থাবললৈ ব্বারী মুকুম মুক্রম শাদন Gate লোমদ লাকই।

থাবললৈ: ঐন তললিবদি মিয়াসাব নখোয় মুল্লীমগি নিপা অমন নুপী মরী লোনব য়াবসিনি। নুপী চাবোক ফবি অমন ১০ মুক কোক্লবদি মরী ১০ দি ৪০ ভজিনখিদোরি,

—তুদি চীন হোংলব চিঙ্গাক তাংলব মতমসিদ মী পুম্ন-মক ইমা-ইমা ইমৈ না লাওনরোইদ্রা খনবিদুনে য়েংঙ্গৌ।

চৌধুরী : ইখরাইন তাঙব থাবল্লে ইবেম্ম নখোয়গুম্বী লৌব ফজরবাদি য়োংন চা থাদবগুম্ন অমদৈ হেল্লোই—কনান ৩/৪ খিজরুগবনো।

থাবলৈ : বাঙ্গলাদেশ স্ব লৈবাক অয়াম্বদদি পৃথিবীগি ঈরাং ওইন চখনরকইব য়াইফ য়ুম্বালগি থৌরাংনি ভৌনরি; চৌধুরী সাহেবখোয়দি মণিপুরদ কয়া পোশাদন উই।

চৌধুরী : এঃ কদায়দনোদা? কনান হায়বিরিবনো? হাস-পাতালদ য়াম্ন চংনরপে ংনি। তুদ ঐদদি মণিপুরসিদ লৈব মুস্লীম ঐখোয়দি ভোট য়াম্ন ফংনব family welfare গি Programme দা য়াওবিনীংদে ইবুঙ্গ লৈব হায়চৌ হায়রবদি।

থাবল্লৈ : চী মীশিংংন্থ অভুম তৌরক্লবদি, মীতৈ ঐখোয়স্থ নখোয় খুঠং ইললক ভোট য়ামখংহললগ চরা হেনমিন্ন-সির'ও?

চৌধুরী : অশেংব অফব হায়নসি হায়রবদি শাওদি শাওম্নু মেমা—শাওদিগদ্রাও?

থাবল্লৈ : অশেংব অফব হায়বদু করি শাওরুগবনো, থাগৎপিগে হায়রিবনে।

চৌধুরী : তুদি হায়বিরগেকো? মীতৈ নখোয়সি কুইররোই, চারা মুংগ্রনি। করিগিনো হায়বদু নখোয়গি নরা নক্

ওইরিব ধর্ম্মশিংজু অমদি তুগ কোন্নব শেন্দিং থৌরম ময়ামছু পন্ডিত, ননীংনখা তম্মল্লি; মতমগি নোং, নুংশিং, নুংশাদ খাংব ঙম্মকওই। পাওল ঐংখোয়ন তম্পাক্ত নক্ক লৈমিন্ন খর খর অস্থুম অতাওবমখৈ খোপচিনখিনি, পঞ্জাবি মার-ৱারী দেশৱ লীশিংন উমাইবিন ঙা লাকপগুম অচাব ঙখা ঙামেমা ঙারোইদি লঙ্কাংদৈ পাক পাক লাকখিনি, অদুগ চাংদৈ নিংথোজা অনৌবশিংন লৈম ওহনাংবমখৈ চি খৎ-খিনিদো। মীতো তম্ব হৈব মশাগিবুদি খাজদব মীতৈ মখৈ মুৎখিব য়াই হয়েং হংচিৎ চহি খরাগ মতুংদ! অতুন ঙল্লিতৈ রাখল তোশিলহো লৈরাং নিংখিবী থাবল্লে।

থাবললৈ: ধর্ম্ম মরা চেৎপ মুল্লামগি লৈবাক ওইহৌনব মণি-পুরসি খোইদোক্লসি হার হাপ্পসি ঐবুস্ন ঈশিং চায়ব য়াওরো। মীতৈ মুৎপ্রনি কুইররোই লুপখরক্লব হি-নি, ঙল্লিতৈদ চোংখোরক্লো হায়রিবনিনে?

চৌধুরী: ভুদনি সনাইবেম্মা।

থাবললৈ: Thank you, খন্নব য়াব রানি।

(ইমুংদৈ তফিং তফিং মপা খোরক কৌরকই।)

লালুপ: নুপীমচা! ইপাগি লাংলেন! থাবলদ শাৎপি থাবল্লে। নুমিৎ খোক্লব মতমসিদ নোংমৈ মক্ক ৱিরিব্রাও?

থাবললৈ: (খৌশাদন) বাজি ঐনি, ৱারী অক্লব অম শারি।

লালুপ: কনাগ চেন্দোবগি নফি শেম্মিবনো? কনানো অমদে?

(চংশিল্লি)

চৌধুরী: কনা নত্তে বাব্জি, চৌধুরী হেডক্লার্কনি ঐ।
লালু: হেরা, ঐদি করম্ব ডাকু ডাকাইটিনো নুংদাং অমম্বদ পোৎ লাকপ্রা হায়দুন য়েনীংউরেদা। (চৈ ১ পায়-ৱকপদ্ লংখোকই)
অমম্বদ কদায়দ চংলুবা ইচাইবুংঙোবো?
চৌধুরী: বাব্জিদ পাউজেনগে লাকচবনি, তুদ ইচন উনবদৈ ৱারী ৱাতাই লৈবাক্তি য়াওল মতেক অম শাজিঙ্গরম্মিবা।
লালু: করি পাউনিনা?
চৌধুরী: হয়েং অমুক ঙত্তা বাব্জিগ জিরীবামদ চৎপিগনি হায়বদ্ গাড়ী নংহৌদব য়াই, আফিসারগি শঙ্গাইদ ঙসি লেকসি চাক হাপহৌরে, লেংবিরকউ হায়রকই।
লালু: এঃ, অদুদি ছুব্জিকমক চৎপ তারেদনা। হৈ খোম্মৈ, পোৎ য়োম্মো ঐ ছুব্জিক চৎলগ সাহেবকিদ লেকউব তারে। লৈহাও লৈরেন! কদায় পোৎ-চৈ থৌরাঙ— নুপীমচা নঙন থাবল খোকপ ঙায়হৌখিদ্রা? (চংখি)
(মিয়ান চৎলগে ইঙ্গিং তৌবদ, থাবল্লেন ঙাইখো লো লগ লৈয়ু তাক্লম্মগ চংলকই। খোম্মৈন মকোক্ত ট্রংউপু বেদ্ধিং থোঙ্গৎ, লালুপু চৈশু অমগ, করি করি হাপ্প বেগ অম পায়, জবেং জবেং ঙাং খোরকই।
লালু: মতমসি ফত্রেকো, ইমুংদৈ হেন্দোকনু মুমিৎ হেক তাবগ। খোম্মৈ নঙ খোঙ মনীং মমাঙ শেন্নব কাউনু, থনুং শেংদব মশক থঙদব মী অমত্ত চংহনগন্। উচি হৌদোঙ ছুরান

চিন্থা চেকশিল্লুকো। হল্লা গুল্লা সব বন্ধ, ঐগি হুকুম!
(অনীহ্ থোকমিন্নখি।)

মপা চৎখিবগ থাবল্লেন লোন্তুন থম্ব মিয়া চৌধুরী কৌশিল্লুই, মখুৎ শম্নদুন চেনমিংই—ফাগীদ, শিংরাই তাওখুল লাকপ ডবদ মিয়া শাওনীংই, থাবললে থোণ্ডুন মখূৎ শম পুশিললকই, মিয়াবুস্থু মখূং নামন চিং পুশিনখি। আগরবাবুন কিসমাস্ব ব্রারী শা চান্নন হৱাওন লাকমিংই, মোড়া চৌকি লৌথোকউরগ centre stage ওইরপ ফম্মিন্নে চান্নন। সুরজিৎ, প্রকাশ য়েং ওইদগি লাক মথং মপং, Down Stage Right তা চৌকি ২ মনাক্ত থা, অমদ ফম কেন্ন ডায়রিবি লৈহাও লৈরেন্ন হৌগংলগ welcome তৌই। অনীদু নুংশিনদব উশিংনদব উই, চৌকি অনীদুদ ফন্নব ইঙ্গিং তৌবদ অমগ অমগ ফম্মু ফম্মু হায়ন ইন্নরি। তাঙ্গা সুব্রাইদ কিসমী অমদি আগর ব্রাই খপ ফৌণ্ড লৈরি। থাবললেন থাম্ব য়াদন চৌধুরী অমদি শিরোই তাওখুল থংনদোবগি শাওনদুন Down Stage Left তা Boxing গি কদম তৌনদুন লৈ।

Light change তৌই, Back ground দগি ইশৈ—music শক্লকপদ তান চানন—music chair গুম তান্নে, মুপান অমদ নিপা অমম ফম অমদুন লেপ; বোক্সিং থিন্নে music লেপ্পগ থাবললে referee না খামদোকই। ফৌণ্ডরিব থপ্পিব অনীদুস্থু music লেপ্পগ পোথায় চহাক।

ইশৈ ( অগোই য়াওন )

(i) থরাইন তাজ মাবু কণ্ড,
করিগি চিন্তা করিগি তনব
নোমসি থকক, তাজি শেল
লাকসি মুনসি হুসি হেক্ক।

কৈ কত্তে চুম্মি লাল্লি,
থিনদে মতম ফংল পাক।
হয়েংগি নুমিং কনা থঙনি
মুংথিব য়াই য়ুহায় হায়র।

(ii) ( থর য়াওন শকপ, : twist তৌব )
শেংহৌ চাহৌ থকহৌ,
হুজিক হুজিক হিংহৌ।
ইথুংত পায়র ইচাগি
ইয়াদ কুংন মমাগি।
নোম নোম শগাইতোং,
চান নৈতে তথেম্বাঙ।
অরৈ নৈত য়েন্নসি,
শেংপ চাব মান্নসি।

( Stanza থুদিংগি শকপ music stop তৌব second থর )

অহানবগি ইশৈ লোইশিল্লকপদ লালুপ্ন মাং থা খোম্মৈন উপু কোকথোং না শাওন হল্লকই।

লালুপ: শেরান তুরান ওইদব পাউ পীসন থবক কয়া শিংগ্রব।

খোম্মৈ: ঙসিবু মৈতৈগি রাশপূর্নিমা নুমিৎলাও?

লালুপ: ঙাইখো তুমিন লৈয়ু। (পোৎথামিন্নৈ তুমিন্ন) ইমানী ঙসিদি যোগাই মাধাই শাব তারে, দণ্ডা ১ থিরকউ। (খোম্মৈন উতুপ অম থিকুরগ মতুং ইল্লকই, লালুপ্ত লোন্ন তপ্ন চং—music chair দা শংব্রিক য়েংলুই অমদ অমুক অমদ অমুক মঙক পৈথ। নিপা অনীহু চেনখি, মমান মমাই ফেং ফেং লৈথোক থাংই। অহুদৈ ফো শুরিব অনীহুই মনাক থুকউ নাম লৈতা মখোয়নীহুই ভাবোক ওইকুই। তপ্নপ খঙলক অনীহু মথুং শয়রগ ইমুংদ চেঙ্গিনখি, অনীন মতুংদ য়েংহৌই। অদুদৈ থাবল্লে মনাক্ত চং বোক্লিং য়েংউই। নিপা অনীদু তপ্ন খঙলক মপান-লোমদ চেনখি, থাবললৈন ইমুংদ তপ্ন চংখি। খোম্মৈগ লালুপগ তন্ন য়েংনৈ ঙহাক, খোম্মৈন মতুংদৈ উতুপ্তু পী। লালুপ্ন লৌরগ) চংলু খোম্মৈ,, নঙ গদা অম পায়র মমাঙ থোঙদ ঙাকউ। কনাম্‌ত খোকহনগনু, হেক থোরকপ কাঙ তুমিং ফাওব গদাদুন থোম্মু। ঐন মনীং থোঙদ।

খোম্মৈ: হুজুর, (গদা ১ থিরগ পায়, মমাঙ থোঙদ ঙাকখি।)

লালুপ্ন মনীঙ থোঙদ গদা থাঙগৎ য়ৈনব ধমকা তৌরি, খোম্মৈন মমাঙ থোঙদ গদা লেংথোং না ফক্লাংদ

ঙা উইরি। আগর অমদি কিসমী লোম্ন থোকখি, খোম্বৈবু হৌদোকপিরম্মি, ইঙক ঙক মথৌ কাউরদ্রন নিংশিং লৈ-হৌই। আগরন কিসমীবু গেট ৱাংমদ থিন্দ্রোকউই। আগর হল্লকপদ খোম্বৈ জ্ঞান তারম চংহন্দে য়েগে তৌই।

খোম্বৈ : থোরকমখৈ থোমদোরিবনি। অনৌব লাকপস্থু চংহন্দে।

( মনীঙ থোঙদ মপাগ খেংনৈ )

লালুপ : কদায়দ চৎলুই ? চংব য়ারোই।

আগর : বাজি পোথাবিরো, মীয়াম্ন য়াম্রে, ঐ নছুৎত গদাদ্র পায়হৌরগে ?

লালুপ : নিংথৌগি মছুং শিন্নিংলিব, নঙগুম্ব অঙাংনা, মদ্রবু ঐন য়াবিগদ্রাও ? অঙাংন মাইব শারগ মং থনবনে। ( শাওই )

আগর : স্ট্রাইক তৌনি হায়নবনি—স্ট্রাইক !

লালুপ : ( পাখংতুন লৈহৌই ) স্ট্রাইক !

( পাখংলিঙৈ আগর চংখি )

স্ট্রাইক।

---

# হৌদোঙন ঙা চাব য়েংব।

মতাং অনীশুব। ( স্ট্রাইক )।

মতম: অমুক পুং ৯, মফম: হান্নগুম য়ুম মমাংদ। পেট্রা লৈহাও + থাবল্লৈ মখোঙ তিংখোক ফম—মথৎ ২ থবাক্ত লোম্ন য়ুংখৎ লৈ। আগরন D অমদি সম্বন মনাক্ত লেকচর্র তৌরি নত্রগ শাওন লেপ্লি। B দা চাকচা টেবিল থারগ করি করিনো থর চারি লালুপন, খোৎম্নেন হাপ্লি, সেবা তৌরি কোই-চেন চেন।

য়ুখল হায়দোকপদ্ আগরন মথৎ ওইন সম্বন্দ পায়, য়েৎন রা ঙাংবগি ঈঙ্গিৎ তৌ, মরান ঙাংগদবগি কাথৎ ঙায় লৈ; খোৎম্নেন য়েঙ্গাং হাপকদবগি থাবৈ থাঙ্গৎলগ মমীৎন আগরদ য়েংই, লালুপন ময়াদ চাক হুক্রুব থাঙ্গৎলগ চাদন আগরদ য়েং রা ঙাংব তারি; লৈহাও + থাবল্লৈন মথুৎ লোম্ন ফম্নগ মনা থাঙ্গৎ মমীৎন য়েং রা ঙাংব তারি হরাওন।

আগর: ষ্ট্রাইক হায়বু করিনো? নীংঙাইনে, নীংব থুংনব কপলাও; চাকশিন্ন ঙাইব নীংঙাই। ওইনা বিজ্ঞান্দোগি মচান তৌব নীংঙাইন—উতোং অথুবদ শামু লিংহল্লু, জ্ঞান তারব ঐখোয়ন তৌরিবন অথিংব লৈতন নীংখা তমহল্লু। অহিংবন তাল্লিবব্‌ নীংখা তম্ব নস্তুন করিনো? থল্লাইন তারুব লাই নীংব খিংবিদব, ইথবাইন পাম্ব থবক

শেল চাদন পীবিব, ইশ্বাইন তাজব মৌ চেনবদ ফাবিদব; ফিজেৎ চাকচা য়ুম্বান অপাম্ব কংনব হোৎনব—তাইবং মী খুদিংগি অধিকারনে।

অচৎ চৎত পুম্ব তাবিয়ো, করি কায়বগে? নুংশিং নুংশা, গ্রহ উপগ্রহ, মুমিৎ থা সাক্ষী ওইবিহৌ, ঐখোয় লান্দবনে, থবক লেপ্লিব, sit down strike, hunger strike চাক ওইনব নীব থুংদব মী খুদিংন হিংনব তৌব তাবনে। নীংব থুংনব নীংঙাই (খুম্ব) তৌগদবনি। Sit down strike, hunger strike—থবাইগি লোয়ি। পেন্দ্রগ ওইনব, মান তৌব—হিংন লাইতাক!

(আগর, থাবল্লে, লৈহাও মথুৎ য়েৎ খুৎতুম শীংহুন থাঙ্গৎলি। ওহাক থাঙ্গৎলৈ (Freeze)।)

খোম্মৈ (য়েম্বাং হাপ্লগ): অদুগৈ, মান তৌরুবদৈ শ্রীমতীবু মবুংঙোন চানব হেঙ্গৎখি হায়দুন ওইন চাউবী ওইনাম সখীন অনৌবম কৃষ্ণচন্দ্রদ মান তৌরুববু মচীংফত্তব কৃষ্ণচন্দ্র ফিত্রিং শাওগ১ লাইশ্রম চন্দ্রাবলীগ লুহোংখি।

লালুপ: ওইনচাউবী ওইনাম সখীদুন কমদৌখিবা?

খোম্মৈ: মোরি মোরি শিবন ফরে, ইকাইরে হায়দুন মোরেদা লোম্ন চেনপ্রগ গুহাদ চোংথ হঙোই বোড়োবি ওন, গো গো খোংদুন তোকহৌই।

নালুপ: নঙ ইম্বাংসি হাওব্রেদা ইবো, লৈহৌত্রবাও? মুপীন থোংবনকা শোকপোৎ নত্তে।

খোম্বে: করি লৈতদগে মী অহুমগি তেঙ্গোং অচৌবত বিক বিক থম্ন লৈহৌরি, ঐগি শরুকস্ থাংদ, ওকুব হাপচরক্কে থাংদগি।

লালুপ: অঙাং ওইরিঙৈ চাক ওইনবদ হন্দকমুক কৌররবদি চারগেদহে খনখিবস্ যাওই, তেঙ্গোং অহুমদুদি অদুম থাকখো। চাক ইরাম লামদব ঐন চাবদ স্ক হাওরব-সিনদি ওরাং নহালদৈ চাক ওইনরকইব কনাগুম্ব গুম্বীন চারবদি খুবী যাওন শায়খিদুন ডাক্তোর য়েনিনি।

খোম্বে: ডাক্তোর য়েনদৌ শরুক তেঙ্গোং অম তেংনব হাপ-চরক্লগে?

লালুপ: অম মরাইবক থীজরসনু হাপ্লকউ। (হাপ্লি)

(মমাংন শাওন য়েংই—মতিন য়োংলি নুপী ২)

লালুপ: অদঙৈ শ্রীমতীন মান তৌখিবদুবু মরম চাত্রাও?

খোম্বে: পুংভম খর থানখিব থেংবৈ ওইরমানে।

লালুপ: রিকশা, বস ফংদবগি খর থেংববু শাওব য়াত্রাও? হয়েং লৈ হংচিং লৈ বস রিকশা ষ্ট্রাইক তৌদব নুমিত্ত মতম অমুক থানরগ লোইরে, করিগিনো অদুক ঙাইঙমদবা?

খোম্বে: থঙদেনে শ্রীমতীদুবু স্কুল কোলেজ তম্বী ছাত্রীরা! নত্তে, নিংশিংলক্লে: শ্রীমতীন মান তৌখিবগি মরমদু কৃষ্ণচন্দ্রন চন্দ্রাবলীগি হোটেলদ চা থকউত্রা—চাঙাংদুন খর হৈদোক কুঞ্জা মতোন্দ খিৎতং চোংখিবগি শাওনত্রা থঙদে; ঐ ইমাংন উহৌবমক্তি নচ্চদ্রে। (উইরিব আগরদ

Tribal girls ন হৌদোক্লগা ঈশিং গ্লাস অম পীথক্লে )

লালুপ : চন্দ্রাবলীগি হোটেলদ চা কপ অম থকউবগি অধিকার কৃষ্ণচন্দ্রগি লৈত্রাও ? নিপা খুদিংগি লৈত্রাও ? নুপীন নিপাবু কন্ট্রোল পংতৌ তৌব য়াত্রাও ?

আগর : য়াদে, নিপানস্থু নুপীবু কা হেন্ন কন্ট্রোল তৌব চুমদে। নিপাবুস্থু নুপীবুস্থু মনীং তম্ন থাদোক্লগ অশেংব চাউথংপ ফংগদবনি ! হিংবগি পান্দম্থু নীংথা তম্ন নত্রাও—Political, economic and spiritual freedom ফংদন চাউথংপ য়াত্রাও ? মপুংফাব স্বাধীনতা ফংনব তানব, ফংত্রগ hunger strike তা শিদোকপ—মসি ঐথোয়গি অরেপ্প রাশক্লি। অহিংব পাস্বী, শা উচেক, রাখল লৈব তাইবং মী পুন্নমক ঐখোয়গি রাশকসি তাবিহৌ। ইনীং ইথা তম্ন য়াদন হিংলুবগি করি কান্নদগে ? শিনীংলে—

( রাদুন শম্বন্দ ভাথখি, মনাক্ত লেপ্পি girl ন ঈশিং য়ৈ। )

লালুপ : অচং চংত, অশিংব জীব, তুমিং কাঙ ফাওব তাবিহৌ : শক্তি পায়রিব নিপা ঐখোয়ন নুপী অঙাংদ নীংথা তমজৌ হায়দুন পীথোকপদি নুমিংন নোংচুপ্পগি থোক্লগ নোংপোক্ত তারব ফাওব থাজদে। ইত্তিক ইরল লৈব নিপা ঐথোয়রা ঙম্মিবমখৈ ইনীং তম্লি। ঐখোয়দ খুরৌ থাংলকপ, লম হেন্নকপ, বিজান্দো মচাই নীংঙাই তৌরকপ চৈ চাজগেদনি।

[ Tribal girl না সেবা তৌ, মকোক নানবি, লৈ মনম নমহন কনখৎলক্নুন আগর মমীৎ শিংগৎ— ]

আগর : সত্যাগ্রহী ঐখোয়বু চৈ কিব মীশক্না? হিংসা পামদবগি ৱাদনি, নত্রবদি ইতিক চাব খুৎলাই পায় কুক্কক্ষেগগি লানভমদ চংব ঙম্ব জাৎনে। চরা হেন্দুন ওইনরিবসি লান চংলগ নোংমৈ শুলীগ থেংনব কিবগি নত্তে, শুলীগ অশিবগ কনান শাথীব হেনবগে? Hunger strike তৌরিবসি হিংসা তৌদন তপ্প তপ্প অশিবগ শীংনবনে। থুন শিবগ তপ্প শিবগ কনান ৱাব হেনবগে? শক্তি পায়ব মীচমগি য়েংদব হিংচাবশিংবু জ্ঞান তাহন্নব, মবুক ওলহন অচুম্ব পাম্নকুব তৌরিব সত্যাগ্রহনে।

নবুক ওল্লো—শক্তি পায়বা! (খুম্ব)

অচুম্ব শাজৎ য়াথোকখো! ( ,, )

লালুপ : হিংচাব পাউৱার পায়ৰগি খুৎলাই!

খোম্মৈ : মীয়ৈ চৈ।

লালুপ : লম হেন্দ হেল্লকুগ— !

খোম্মৈ : টিয়ার গেস!

লালুপ : হিংসা য়াওরকলগ, নুংদুম লংদ গাড়ী মৈথাদ।

খোম্মৈ : দোং-দোং, থেৎ-থেৎ।

লালুপ : ফৌ পুৱগ ফৌ শীং, নুংদুমগি মহুৎ শুলী।

খোম্মৈ : ফি-য়াও, ফিয়াও!

(আগর মখুদাং তাখৎ, মচীনবান লৈন লেক)

আগর : চাওখৎত্রিব ভাইবং মীন থাইনা ইতিহাস পোক্ত্রিগুদে, জঙ্গলদ, লৈথুন ছৎত লৈরিগুদে ঈগি লমন ঈন শিংব, থাওন য়াল্লকপগি ভান থিনব—খ্‌নকি বদলা খ্‌ন, blood for blood চংনরম্মি। লাম্লো কয়া ফ্রান্সত, রুশতা ........ইকুই কুইখিদন চীন্দ বর্মাদ, বাঙ্গলাদেশত পাকিস্তান্দ, ইজিপ্ত, পর্শিয়া আফগানিস্তান্দ থোকখি। মী কয়া কয়া লৈনাং ওনখি, ইতিহাস্ত ঈগাংন মুক ওইন ইশিন্নরি।

( শিরোই অমদি চৌধুরীন লৈ নাচোম, পিস্তোল খুম্ব, পীরৈ থাবল্লেদ, লৈমখৈ লোহৌরগ পিস্তোল শৎতোক লোম্ন লোম্ন পাখি। অনীত্থুন লোম্ন লৌরগ Down stage right তা কম মশক লোংলি মাইথুম হাপ। )

ভারতকি গান্ধীজীন অহিংসাগি সত্যাগ্রহন ইমুনাইমু তাহন্দন স্বাধীনতা ফংহনখি। অহিংসাগি খ্‌ত্থুংইন নিংথিন তাইসিন্নব পামজ্রবদি জঙ্গলগি চৎনবি ঈগি মহুৎ ঈ, খ্‌নকি বদলা খ্‌ন, লাকপ মশান তাবনি। মীওৎপ, মওক হায়গৎপ শক্তিন কয়া কুইন য়াংব য়াদগে ভাইবংদা!

লালুপ : সেক্রেটারী খোম্মৈ!

খোম্মৈ : তার্কপিসি অস্তুপ্প।

লালুপ : খুৎসু খুৎলাই, খোওমী লাম্মী, য়াকোক লীচৈ পুন্নমক শেম শাত্থুন লৈরিকো!

খোম্মৈ : কনাগুম্ব য়েক্লুব, মী লাই হিংচাব থওদে—লান্দারকপগি মতিক লৈতে। মীৎশিং নাশিংন ভাকই অকন

অথৌশিংন। করিমত কিনিংঙাই লৈতে অথৌবা।

লালুপ: খোম্বৈ ঐবো, নঙবু করিগুম্ব কান্দ কৈ নোংশা, শামু শওম্ন ময়া শংতোক্লসি খুজিন ককথংলসি অহিংস। নীতি পাম্মো, বৈষ্ণব ওইরো হায়বদ য়াখিব ভাব্রাও?

খোম্বৈ: তাখিদে, করি তারিখত মিটিং তৌখিবগে?

লালুপ: করিগুম্ব মতমদ কনাগুম্ব অঙম অথৌন মাগি চৌকি খঙদে সিংহাসন খঙদে থাদোক্লগ মনাই মশন চাপ্রাসী পিওন্দ ফমহনব মাগি তোলোব মাগি মত্তিকতু ওন্নথোক্লগ পাথোক্ললোই ওইন চংলু য়াব কনা য়াওখি?

খোম্বৈ: ইতিহাসত অমুক্ত তাখিদ্রি।

লালুপ: অহৃদি ইমানীন ইকম থাদোক্লগ; অভাং নুবীদ ইজুং শিনহল্সি, ইমানীন মখোয় মহুং চাকথা ফৌস্ কোম্লিক রাইরম শেংসিরা হায়ন থন্নল্লিবসিদি কৈ শামুনস্ য়ানদব, অঙম অথৌ নিংথৌ মন্ত্রী কনানস্ ত্তৌনখিদব শাজংনিনে? হৌদোংদ হংসিরা?

খোম্বৈ: মদুবু য়াক্লরবদি গাধা ওললে, লোলা॥ (ইশৈ)

রাধা রাধা প্রেম অগাধা,
আধা আধা ধারা নালাদ।
পুন্সি' নস্নোস্ তঙথায় তঙথায়,
পৌবিয়ু গাধা, শাক্তে ওইবি রাধা।

(গাধা শা নোম্লপ চংলি,) লালুপ্ন ইশৈ ঙ ব য়াও মখুং লোম্ন রাধা ধ্যান। চৌধুরী—শিন্নোই লোম্ন নোংমৈ

দংদং কাপই খোঁম্মৈ অমদি লালুপ্ত তম্মক। অনীদ্ পাকথ "হাংলে-হাংলে" কিন ইমুংদ চেনসিনখি। সুরজিৎ, প্রকাশ Left তগি চেল্লকই, Right তৈ চৌধুরী, শিরোইস্ নোংমৈ ছন্দোক্লগ চেল্লকপদ Gate তা থেংনৈ। আগরস্ তক্ত য়েংই, নুপী অনীস্ খংন য়েংই!

সুরজিৎ: করিনো করিনো, কৈদৌনরবগে?

শিরোই: Cycle tyre puncture ওই মখোল শোকপ্রা?

চৌধুরী: অঙান পোক্লাওবি বোক শান্নব মাল্লি।

নুপী অনীদ্ হোৎগংলি, আগরস্ লাকই মনাক্ত, ময়ামদ্ রা তায়ৈ মকোক পুনশিন্ন। খুজিন্ন শিক সুরজিৎপু লৈহাওন খিংহং কৌখোক্লগ—

লৈহাও: সুরজিৎ সাহেব, আর্বাইটর (arbiter) খর ওইবিয়ু, রাস্ য়াম্ন রারে, হিংসা য়াওনরক অশি অনা কয়া থোক্লকপ য়াই। কৈনো রায়েন, তেশিন্নব—

সুরজিৎ: কৈনো রায়েন্দ, অমন খর হাপ, অমন খরতা চাল্লনব তৌব তারে। মদুন ফৈনে। অদুদি য়ানব্রবদ পাম্বিরিব Demand দি?

লৈহাও: মদুদি ঐখোয়গি লীদর, মিষ্টার আগরসিংগ তান্নবিয়ু—স্ট্রাইকর ওইরিব ঐখোয়দি রাবন তনবন any term দা স্ট্রাইক তোকনীংলবনে। খবক লেপ্লকইব লৈবাক্তি কয়াদ মাংপ্রবনো?

সুরজিৎ: অচুম্বনি, লেপ্প হায়বসি চাউখৎ লমীদ গাড়ী start হৌদবনি।

আগর (চংলক্লগ): করি ৱানো? আরবাইট্রেসনগি ৱারাও? কৈদোন ঐখোয়্না হো-দগে? মখোয়্না হৌরকপ ভায়সে, অপাম্ব ফিভম শুন ফংহৌনব।

লৈহাও: স্ট্রাইকর ঐখোয়্না মু.ভাইপোৎ নত্তে, খবক লপ্পদগি খোকইব অমাংব ময়ামস্ থন্দব য়াদবনে। ছাত্র কয়া মপুন্সিগি মহৈ ভম্ব শিংলে, কোল কারখানা কয়া লেপ, লৈবাক্কি শেংন চানব পোৎখোক পীদ্রে।

থাবল্লে: মাংখিব মতম, শিংখ্রিব খবক্তি অমুক হল্লকপ য়াদবনিন লৈবাক্কি অচৌব অমাংব অম ওইরকই। ইশাগি ওইজব থরগিদমক স্ট্রাইকসি চংখব চুমদ্রে। ভাইশিন্নব তৌব ফৈ।

সুরজিৎ: ভাইশিন্নব করব মতমনি, স্ট্রাইকরসিংসু চথব ৱারে, লৈবাক্কি অমাংব খল্লুরগ ইকাইরে। অমরোমদ মপু শাবশিংসু ষ্ট্রাইক্কগি মাংলিবদ্ উবদ শাংখব চুমদ্রে খল্লে, মদুই মথক্ত খরাই মাংব য়াবৈ শাথীন অকিবস্ পোক্লে।

আগর: ঐদি খর চথনীংই, ওইজন ভাইশিন্নব য়ানব—ঐখোয়্না নীংজব-পামজব অয়াম্ব ফংনব খর খাংবদি ফক্তব নত্তে, খল্লি। অদুবু ময়াম্ব পাম্বরক্লবনিন সুরজিৎ সাহেবন আর্বাইটর ওইবিরো, মখোয়গি মীহুৎক উন্ন ৱা লেপ্পরসে।

সুরজিৎ: ফরে ঐ চংলে, উন্নক্নগে। (চংখি খোঙজিন্দু)

অনীহু মীহুৎতৈ লোয় য়েংলম্মি তারম্মি। থোঙদ কাক কাক থীল্লগ, "চ লকউ" হায়বদ চংখি, ঙহাক লৈরগ মনীংথোঙদ থোরক অহুমহু বা তায়ে—লালুপ্প থোংজিন্দ অনীন মপান্দ ফম নত্রগ লেপ। অতৈন আগরগি মনাক্ত পূনশিন বা তারি, আগরন চৌকিদ ফম পোংন বা ঙাংবৈ মতৌ—মথোলদি তাদন।)

লালুপ (কিন—কোইয়েং য়েংলগ): সত্যাগ্রহীশিংন করি হায়রি, থুংলাই পায়নব পাম্মে হায়ব্রাও? (থোম্মৈন নোংমৈ চিং কোইয়েং য়েংলগ ঙাকই)

স্থরজিৎ (মথুং থাঙ্গং থোরক্লগ): থংনবৈ বা নত্তে, চাম্বরসি তেশিন্নরসি হায়হুন, আর্বাইটর ওইন লাকচবনি। অঙাংশিং অঙাওবন কাপ্প ওইরম্মি, শোক্তি শোকপিদেকো।

লালুপ: নোংমৈন কাপ্লকপদবু শোক্তব হৌনব্রাও? ইশাদ পান্দ্রমকন্থ্ থমোইদ মনিলন নিক নিক লাওকল্লি। ঐ হুজিক ফাওব নিকপ কত্রি। তেশিন্নবৈ বা ঙাংনব চৎপহু ঐদি হুম্মোই, ঐগি ইহুৎত সেক্রেটারী থোম্মৈন চংকনি।

স্থরজিৎ: সেক্রেটারী থোম্মৈন মানরকপহু য়ুপু ইবুংঙোন ম্যাবিব হাবন, মক ওইব বাক্নমহু হাকপিসি মঙোন্দ।

লালুপ: সিয়োর, সিয়োর! Secretary থোম্মে, নঙন কাউ- রোইদব বা হায়বব, স্ট্রাইক লেপ্পু, লৈবাকি মাংনব থুজিন্নি—অমা। মথোয়ন মনীংমথা তম্বদ হুম্মিথৈ থিংবি- রোই, শাওনীংব কয়া থাংব ওম্ব নিপানে (মশাল উংলি—

মুংশা থিং ), তৌবদদি মখোয়ন তৌব থবক খুদিংদ ঐখোয়ন য়েংশিনব তায়। ভাব তারবা—খোম্বে ? ( ময়েংদ্ মমীংন উংলি )

খোম্বে : ভাব তাজরে।

লালুপ : করি তারে ? হায়য়ু তাগে ?

খোম্বে : অদ্ব্রাও—। ষ্ট্রাইক লেপ্লো লৈবাক্কি মাংনব অতনব থবকনি। মদুই মনা ননীংনখা য়াম্ন তম্ব য়ারনি, তৌথ-দদি থবকশিংদ্ অওম্বন য়েংশিনগনি, মাবু শাওহনগমু, মান খাব ওমদন শাওগদব থধক তৌজরক্কনু।

লালুপ : বা, মদ্মক্কি ঐন পাম্নিবস্। চৎলো ওাংনক্নরো য়ারে।

স্রজি : চৎসি অদ্দি খোম্বে বাব্।

খোম্বে ( নেকটাই মফি মরোল শেম্মগ ) : মাং থাবিয়ু ডোক্তর, নুংদ্ম নাওরি, হাংমৈ নোংমৈ, থাঙ তেন্দি খর চেকশিন্ন ওাকহনবিয়ু। মীসিদি শিগনপ্রপোংনি—খুদি থিবদে লাই-জোরগস্, অদ্গ নোংমৈ মক্ক তিংদোশরুক হাংনীংব মথৈ চাক কৌরগ চাবদ য়াংব তানহল্লু—হাদ্ন মরম্নাই শিজনি।

( পোঙন, মখোঙ রাংন থাং চৎলি )

স্রজিৎ ( লাওব ) : মুংশিরব সত্যাগ্রহীশিং ! ষ্ট্রাইক লেপ্পিরো পিকেটিং তোকপিরো, কৈনো-রায়েল লেংলকলে। থাঙ তেন, নাওরি নোংমৈ থাদোকপিরো, চান চিন্নব নুমিৎ

খোরক্লে। লুচিংবদ হয়িংখোইগুম ওম্বিরনো, তাইশিন্নব রা ঙাংনরসে।

ময়াম হন্দোকনৈ, চৌকি ও ফুক্কা নুংহুম শা থারগ স্‌রজিৎ, য়েংত খোম্মৈ, ওইদ আগর ফম্মি। অতৈন লম্পাক্ত সম্বন ময়াদ ২/২; ২/৩ লোম্ন তারি, রারী শানরি। চামিন থকমিন্নবস্‌ য়াওরি।

স্‌রজিৎ: নাকল অনীমক স্ট্রাইক তৌবসি অমাংব ভাব তানরে' অদ্‌নদি করম করম্ব ফিভমদ তাইশিন্নব পাম্বগে হায়-নরসি।

আগর: স্ট্রাইক তৌরিবশিংন পাম্বদি, লুচিংব ওইন হায়জরিব, অহানব দাবী: মপুং ফান নীংথা তম্ব ফংব, ফংভম খোকপ ওইজ-ওইথক, ইজ্জৎ সম্মান অমত্ত মাংহন্দন। অনীশুব দাবী: অহল্লোম্ন পোথাদ্‌ন লৈরগ চাউখৎনব থবক ইঙথাং পুম্নমক নহারোলন শিনলাংব পাংখোকপ।

স্‌রজিৎ: অঙম্বগি সেক্রেটারীন করি তাকপিনীংবা?

খোম্মৈ: ইজ্জৎ সম্মান, ওইজ-ওইথক অমত্ত মাংদন, নীংথা তম্ব য়ারিবমখৈ পীথোকপ য়ারে অহল অঙম্বন। চাউখৎ খৌরাং পুম্বস্‌ নহারোলন শিন লাংব পাংখোকপ লোইন য়াই। ছুজিক খিংতং খেন্নরিবসি, অঙম্ব অহলসি শিবমক্তি নত্রিবনিন থবকশিংদ্‌ই অফফত্ত কান্নব কান্নদব, নত্ত্রে, অহলগি মীংয়েংগ তিন্নদব লাকপকান্দ পাউতাক লৌব, মরা হংব তঙাইফদে।

আগর: তঙাইফদবা করিস্ লৈতে, শিগ্রব অহলগি মরা খুত্তমদ চংলগ কনানস্ হংনদে।

খোম্মৈ: অহলদ্ ছজিক চংচং লাওন হিংই।

আগর: ফুন চংচং হিংলবস্ গঙ্গা কানীগি মৈথুন মকোক্ত লৈকাং চুরবদি শিরবগুম্ব নত্রাও?

খোম্মৈ: অহলদ্ গঙ্গা কানী থক্তে।

আগর: থকই হায়ব নত্তে, থকপগুম মীরোল ঙাংদে, মীরোলবু ঙাংদ্রবদি শিরবগুম্মে।

খোম্মৈ: শিগ্রব ফাওব অহল লমনগি খুদং ইন চংনৈ।

খুদম: গান্ধীজীগি অহিংসা সত্যাগ্রহ, পৃথিবীগি মফম পুম্বদ খুদং ইমরি।

(সুরজিৎন তারি, খুদোম্ব থিন্দুন ঙাংনব ভাকই, মঙক নোম তারি)

আগর: মহাত্মাগি ফজব নীতিবুদি খোঙ্গুল লীদুন চংলনি নহারোলন, গাধাত্মাগি মতুং ইল্লবদি ঐখোয়ব্ মীন অপঙলাই চুরে হায়রোইদ্রাও?

খো: গাধাত্মা হায়বদি?

আ: লোলা মকোক পানব নঙগুমব. অহলদ লালুপচিংবগুমব।

খো: অদ্ক উশি তব, পার্শনেল এটাক! থকসি থাসি থঙদব মীন করম্না নীংথা তম্ব ফংব য়াম্নগে? অর্বাইটর, ব্যবহার লৈত্তব মীগ রা ঙাংননী'দে, হজিকমক উইথত্রো তোহল্লু "গাধাত্মা" হায়ব রাইদ্।

স্ুরজিৎ: ফজব লোন্দ ঙাংনব কৈ, মিষ্টর আগরসি 'গাধাআ়া' হায়ব ম্বাহৈদ্ু লৌথোকউ। ম্বা মথা চথসি হায়রবদি।

আগর: 'গাধাআ়া' হায়ব ম্বাহৈদ্ু লৌথোকচরে, মমীৎ ফজ্রব মনা তাথীরব অহল মীরোল ছত্রুবগি ম্বাদি নহারোলন থুদ্ুং ইনব চুমদে। হৈশিংলব নহারোয় তৌব থবক্ত অহলন কৈগ কত্তেগ ঙাংব চৈব য়ারোই।

খোৈম্ম: অহল্লোম্ম য়েংশিনব, চুমথোকপ য়াদে হায়রবদি ঐ ম্বা লোইশিনব ঙম্মোইদৌরি। অহলগ অমুক্তং তাঃক্নখিব তায়।

স্ুরজিৎ: ফরে তাম্নবিক্তরো।

খোৈম্ম তন্ন চংখি Stage Right মনীং খোঙ্গদ— লালুপচিংব কোথোক মুক্নম মুক্নম ম্বা তাম্নরি।

আগর (মীয়ামদ: সত্যাগ্রহসি থর চৎথখিব তারি। নহা-রোল অথঙ অাইহশিংন ফরে হায়দ্ুন তৌরিব থবকপু অহল মাথা ক্রেক চুরবন ঙাংব চৈব চুমথোকপ তারবদি নীংথা তম্বগি অর্থ করিনো?

সত্যাগ্রহ—! চথখিব তায়! (খুম্ব)

লৈহাও (আগরদ লোম্ন): থবক্তা য়েংশিনব ঙাব চৈবগি মচুৎ চুম্ন য়েংব তাবদি য়াই চুমথোক্তন হায়নৌও।

আগর: য়েংশিনবদি য়াদে—চুমথোক্তব নৈনব, চুম্ন য়েংবদি য়াই ভুমিম্ন থঙনীংবগি।

লৈহাও: হো, অদ্ুনি। (ময়াম চুমশিম্মে নোক্তুন)

খোম্মে : য়ানদৌব থিংত ঙাম্নরবকান্দ মখোয়সোমগি ব্যবহার থঙদব লুচিংবহুন মহাত্মাগি মতৌদি ঙম্ব য়াই পাথাজ্মাই মতৌবুদি ঙাওবস্থ নত্তন করম তম্মদগে থক হায়রে। মদুদ ঐন পাথাদি নত্তবনিন অর্বাইটরদ হায়রে পাথাজ্মা হায়হনগনু—মত্রবদি মথা থম্নররোই হায়রে। অর্বাইটরন ৱাইদ, উইথন্রো তৌ হায়বদ—মমাই ঙাংশং পাথাজ্মা হায়ব ৱাইদ, লৌ শোক—চরে হায়রে। অতে পুম্ব য়ানরগ মখোয়না তৌব থবক য়েংশিনব য়াদব, ঙাংব চৈব চুমখোকপ য়াদব মসিদ ঙায়রে।

( খুং শোক্লব মতাং পাথাজ্মা objection দা )

লালুপ : য়েংশিনব, ঙাংব চৈব চুমখোকপ য়াদব। য়েংবকাও য়াদে হায়ব্রাও? চুম্ন য়েংবা?

খোম্মে : মহুদি ঙাংনজরক্তে। হৌদোংন ঙা চাত্রা য়েংউ হায়রগ তান্দি তাম্মোক্লন স্থম য়েং লৈবগি ভাবত অপঙব তারগ্রা ঐখোয়বে।?

লালুপ : থবক তৌদৌরিবশিংহু হৌদোঙমক্তি নত্তবনিন ঐখোয় মীৎমাংদ নত্তে, নাতোন স্থমাঙমক্ত করি নত্তব থবক তৌব ঙমদগে?

খোম্মে : ত্রাইবং মী ঙাক্লিন অচোপ অরেম, ইকাই হঙ্গোইব হায়ব লৈবনিন ঐখোয়ন য়েংববু তন্দ্রবদি করপসন্দি পাক য়ারোইদা।

লালুপ : করপসনবু তৌদন লৈবাক্তি য়ুমগি মাংনব তৌবিত্রবদি

মনীংমথা ভৌজসন্—এৗখোয়দি কুমহৈ য়েং লৈখোকসিনে।

খোম্বৈ: মতম্ম কত্রবসিদদি পাউৱার পায়দোশক্লক পোখারগ কুমহৈ য়েংঘন কৈ।

লালুপ: করে, মহুম্ম ঙাংনক্লরো।

খোম্বৈন চৎখিবদ ময়াম্ম য়েংলৈ, সুরজিংন কৌশিল্ল ফমহল্লি, চেদ য়ানচে ইশিল্লি।

সুরজিৎ: মপুংফান নীংখা তম্ব পীখোকখিব য়াবিরত্রা?

খোম্বৈ: য়ারে, ফিভম অমদ—মহুদি অঁহল লমম্ম ঙাংঙ্ চৈক্ল-ত্রবস্ য়েংবদি য়াব তায়।

আগর: য়েংশিল্লগ, চৈগে চুমখোকেবু হায়রক্লবদি চুমন উচেক ঙাক্লব খিনব, হংমী হামুকতৈন ৱাকবোক পায়র য়েংব, কোংজৌ-টিন অহাংব থীল্লগ য়েংবদি বেরা লৈতে য়েংবিয়ু।

খোম্বৈ: করে, মহু য়ানরে।

সুরজিৎ: চেসিদ মীহুৎ অনীন সহি তৌনবিরো।

( Sweet music fades out )

( চে অমমম পায়নহৌই )

সত্যগ্রহীশিংন "খি তা খেনগা খিনতেস্তা' পুলোন্দ হয়াওন জগোই শাহৌই। খোম্বৈস্ পোংহন চৎখি—লালুপক খুং শোক্লখি, লালুপ্ল চেদ্ পাখি। ঙহাক ৱা তাম্বগ লোম্ম—তুমিন ইমুং চংখি। আগরন কিসমীৱ খিম্নোকখি। চৌধুরীস্ মতুং ইনখি থাবল্লৈদে বিদায় তৌরম্মগ। থাবল্লৈম চা কপ অনী পুখোক শিরোইগ

থকমিন্নহৌই। লৈহাওন সুরজিৎ অমদি প্রকাশ পুরগ খোকখি। প্রকাশপু খামহৌরগ বা ১/২ ঙাংনৈ।

লৈহাও: মিষ্টর প্রকাশ, মফম চাউরব, তোলোব য়াম্ন চাব অঙম্ব অমনি। লৈবাক অমবু চাউখৎহনগে হায়দুনা শেন্দা মতেং অংতসু য়াম্ন পীরবমক্তদ ইচাউ চাউখৎভব য়াম্ন উই। মসিগি মরম করি ওইব য়াই?

প্রকাশ: থাজহল্লগ হাংপ তোইন তৌরে, ময়ালদুই দগু খিংত পীরে. কদায় চাউখৎকনি?

লৈহাও: ভাব ভাক্সাংতে, খুদম থর পীয়ু সাহেব।

প্রকাশ: মাইকৈ খুদিংদ খুদম ভাক্ত: লম্বী থোঙ শেম্নব শেন কয়া থাদরে, লম্বীথোঙদ শেলদু থর য়াম্ন চলবদি কন্নোবদ ফুরিংখাওদ অয়াম্ব।

লৈহাও: ফুরিংখাওদ বস থৌজিনবদি য়াদবনিন।

প্রকাশ: ইন্দষ্ট্রিগি থাদখিব লোনশিংদু কদায়দ মপান শাং মহৈ য়াল্লি?

লৈহাও: নুপী থরগি ভকশমদ য়াঙং মচুগি লৈরাং, দোকান্দ খৈদেন্দ পোংকি মমল তাংহন্নব মতেং—মুম্নবদ।

প্রকাশ: ব্লেক মার্কেট্ট, শেন্দোংগি চান থক্ল পোং পৈশিনবদ, স্মগ্লীংদ, থাজহল্লগ হাংপৈ থবক কয়াদ মী কয়া হৌনৈ মুংনৈ—, লৈবাক্তন ইনক্রেসন পোং মমলন উতোন্দ।

লৈহাও: ফারগ অফাব কাংবুন কান্নজখিবজাং, লৈবাক্তিন ওই-জদব—শম্বম্ন হরাই মতোন চাব.... ।

প্রকাশ : ঙাকপিগদবা থাজয়ব সম্বম ইবাইমতোন থং চায়বদব্‌ হিঙ্গোলদ্‌না চাউখৎপগি মথৌদি লৈত্রে হায়ব।

লৈহাও : কোওপরেটিভ সোসাইটি ময়ামসিন মথৌ মথৌ মবুক শেংনা তৌনরবদব্‌ করম্ব লৈবাক্ক কয়া কুইনা নংগদগে ?

প্রকাশ : থবক ফংমন্ত্রিব নংনরিব চাউখৎপ ৱাংলিব পুম্নমক্কি মম্ম থাজব-হাংপ চাউখৎপননি। লৈবাক ৱাংনব তৌরম্ব মরাল লৈবশিংব্‌ ফারগ সম্বন ফত্তবদ শিন্নরবদি চাউৎখৎ-লম্বী থিংবে ৱানি।

লৈহাও : থবক কম শূনব, চৈয়াকস্থ য়াম্ম কনব লৈবাক্তদি শেঙ্গা থুমজা স্থকয়া য়াদে। অতনব

প্রকাশ : চাউখৎতব য়াম্ম পঙলিব লৈবাক্তদি য়াম্ম হুরগ পৈব ভম্বব্‌ থাগৎনৈ; শেল হাৎপ হুবগি কম্পিটিসন তৌনৈ, হুয়ানবগি মতেং হুয়ানবন পীনৈ, হুয়ান্নুন ফুংঙাইখৎপব্‌ অশিংবনি হায়দ্‌না থাগৎনৈ, অশিংবগি মতৌ অতৈনস্থ তম্নদ্‌না হুয়াম্নৈ। হুয়ানবসি চৎনবি ওম্নব লাক্লে, করি-শুমথদ হৈকাৎতব হুয়ানববু ফারগ চেকি যুমদ ম্নেহাং হাওন পীজহন থম্মি, মতুংদ ফাদমব হুয়ানব তমহল্লি।

লৈহাও : চাউখৎপে অয়োইব থাক্তি ফাহন্দন হুয়ামবগি মহৈ হৈহনবনি, আইম হুয়ানব য়ারে হায়হুন লাওথোক্লিব ফাওব।

প্রকাশ : পংকুই কুইররোই মীয়ামন পামনরবনি.না লেজিসলেটিভ

এসেমল্লীদ চেকশিন্দব মীগি মরল লোয় হুব আইয় য়ায়ে হায়নরক্কদব।

লৈহাও: থেঙক য়ু, কোয় অমুক ঝারী শারসি।

প্রকাশ: থেঙক য়ু—bye! (মখুং থাঙ্গংনৈ)

লৈহাও: ঐখোয়গী মীনাইগি মরমাই হায়বদ্ খর—(চংখি)

প্রকাশ: I see; thank you. (চংখি)

(চা থক্লমবদগি থাবল্লৈ অমদি শি.রোই ঝারী শাব হৌই। Spot light on them.)

শিরোই: পাকিস্তানগি চৌধুরীন সিষ্টরদ করি হায়বিব? হন্দক মরক য়াম্ম চান্নৈ হায়ন তাবিরে।

থাবল্লৈ: কনান চান্নরুগবনো, মান হায়রিব মীতৈমখে হাং-তোকমিন্নরসি কুইন হিংদোবসু লৈত্রে হায়য়ে।

শিরোই: করি লাইনান শিদোবা?

থাবললৈ: লাইনা নত্তে, মিশিদোন লুম্ব ধর্ম্ম কর্ম্মন চিংথদ্ন সমুদ্রগি লাইজন্নুংদ লুপথ্রনি হায়য়ে।

শিরোই: মীতৈন লুপথ্রগ পাকিস্তান্দে বাঙ্গলাদেশতে মী চেম্মোক্কে হায়রিনিকো?

থাবললৈ: অদ্ মক্তি হায়দে। মরম্নাই লাকপজাংতি মহাক welcome তৌই। ডোক্তর স্মরজিৎ, প্রকাশবাবু খোয়-সিগি ভোট য়ামন ফংনব মখোয়গি কাংবু হোইজিল্লকইব।

শিরোই: অহুম তৌনবদৈ ঐখোয় লৈবাকসিদসু আসামগি মীতোপ তাম্মোকপগি রাখোক্ লাকতৌরিবনি।

(হৌগৎলগ চংমিন্নৈ গেটলে মদ)

চৌধুরীন সিষ্টরদ মীতৈমথৈ তাম্বোকমিন্নসি হায়বদি করি হায়বসাই ?

থাবল্লে : কুইন হিংব ঙম্নরোইদৌবনিন ঐবুস্ মীতৈ হাংপ য়াও হায়রিবা।

শিরোই : মুল্লীম্বু মীতৈ চাত্রাও ? মীতৈন মীতৈ হাংপ করম য়াসিরাও ? এঃ, রা অতৈ নৈরমথিনি।

থাবল্লে : করিস্ থোইদোকপ রাবুদি নৈতেয়ে সত্য—। মান হায়ব হায়বু ঐব্ পাগল ওল্লো হায়য়ে।

শিরোই। করম্না ? মাগি বিবি ওইবিগে হায়বা ? হা-হা···· হা—হা—। মীতৈ নুপী মথৈ মুল্লীমদ ময়ুম পানব, মীতৈ নুপা মথৈন মুল্লামগি বিবিগ লুহোং—বা বা ওনবা········ হ! হা হা····মীতৈ হাংপ হায়বদি মহু ওইবিব তারেকো।

থাবল্লে : A fantastic idea no doubt ! মরম অসিন সিষ্টর শিরোই, চীং তম্ন চেকশিন্দোবদি মণিপুরদ মীতোপ মতিকচাদব চংহল্লোইদবনি।

শিরোই : য়েস, that will create problems in future. তুংদ আসামগি রাথোক লাকপ য়াই ; হুজিক নেপালী, বেঙ্গলী, পঞ্জাবী মশীং কয়া য়াম্মবা ! ঐথোয় চীং-তম হিংনব করি তৌশিরা ?

থাবল্লে : নুংশিনব তাবনে ! ( মথুং পায়নৈ নকশিন্নৈ )

শিরোই : সিয়োর ! ( মমীং মরী য়েংনৈ। )

---

## হৌদোঙন ঙা চাব য়েংব।

### মতাং অহুমশুব।

মতম ন্ংথিং তারকপ,      মফম যুম্নমাংদ।

উতোন্দ চিন অহাংথ অমা য়াল্লি; কদাং কদাং থিম্নব য়োংচৈদা খোরীন থিং—Gate ঙা খোয়ী মচিন পুল্লি। উচেক ঙাকপগি মাইথুম হাপ, হামুক তুন্ মশাদ তৈরব লালুপ্ন চৌকিদারগুম চৈ পায়রব খোম্বৈপ য়াম্নী শারম্মি।

লালুপ : খোম্বৈ ঐবো, হুজিককি মতমসি আজকালনিহৈ।

খোম্বৈ : মানি মঙনি হায়স্ য়াব তাইবংনি হায়বস্ য়াব।

লালুপ : থাজদ থাজদব খোদোকপু কয়িনো ?

খোম্বৈ : থাবল চোংবগুম থ্জেং পালোইন মথং-মথং।

লালুপ : ঙকপদ থেংব্রে, থেব্রে ! হরে—হরে !

**Background** গি ইশৈ শরুকপহ্ মখোয়নীন **Picturise** তৌই।

( হরে, হরে )      ইশৈ :

থাজদ থাজদ খোদোক ঙাক্ত
থুশেয়ন তাওথরে।
অয়েংব 'খোয়দ থিগং থিগং
নীঙলৈ অপোইন থেঙ্গাইরে।

মংনি হায়সি খাইবঙ মান
ভাইবংনি হায়সি—হুঁ,
থাজব ভলি করি মীত্রংনো :
সম উরোকথোং লালে।
( রা-রা ! )
থোক্ল খোগিন্দ ভারব থবি
লৈহাও লৈনম লাংদৈ।
কনান থংনি নোংখক্লি নোংদম :
উচিন ওনব কবোকৈ।
হো কবুই কৈওইবা, ননীং নমাং হোত্রোং'
নতু লৈমা কাংকো—!
হিল্লোল কোইব মীতে ভাদো ! ( ভু—উ )
সম্বম চারে হরাইমতোন।
থাজদ থাজদ খোদোক ভাক্ল
খুংসয়ন ভাওথরে।
অয়েংব 'খোয়দ খিগং খিগং
মীওলৈ জগোইন খেল্লাইরে !

ইশৈ হেক লোইবদ লালুপ খোম্ম hopeless state অহুদ ওক্ন কপ্লি কপ্লি পেমিম্ন য়েংনরগ Freeze তো লৈ Gate মনাক্ত।

মংগি সীন হোরে ( music & light change তোরগ ): সুরজিৎন খবি লাইনীংবৈ ফিজেৎ মতো,

প্রকাশন যজ্ঞ তৌব ব্রাহ্মণ শা রারী শাহুম D দা থোরকই। রাওাং শাজং পৌরানিক লীলাই মতৌদ।

ঋষি: ব্রহ্মাগি শাইওন, হে ব্রাহ্মণ অথৌইবা! রা অমত্তং ভামনীংঙ্গন থিজরকপনি।

ব্রাহ্মণ: ভাকপিসি ঋষি লাইনীংবা করি পাম্বিবা?

ঋষি: নিংথৌগুম্ন নীংথা তম্ব পাম্মি, করি উপায়নো ভাকউ?

ব্রাহ্মণব ন মন্ত্রী হাপচগে অরামন ওইন।

ব্রাহ্মণ: মীয়াম্ন য়ারগ নিংথৌ ওই ইরাই লায়। মীয়াম্নু য়াহনগে হায়রবদি শেন্দ য়েম্মোকপিয়ু। শেন য়েন্নবদি লক্ষ্মী পূজা তৌবিরগ পূব কংগনি।

ঋষি: লক্ষ্মীন চানবিনবদি?

ব্রাহ্মণ: "উদ্যোগীনং পুরুষ-শিংহম উপৈতি লক্ষ্মী"।

ঋষি: হায়বদি?

ব্রা: থৌরাং ফব নোংশাগুম্ব নিপাবু লক্ষ্মীন চানবি।

ঋষি: নিপাহু ঐনি, লক্ষ্মী অমুক্ত কৌবিয়ু ব্রাহ্মণ।

ইন্টরভিয়ু পামজৈ

খোঙ্গ্রাইচন ফম মথুং অনী লোম্ন ধ্যান তৌগ্রে।

ব্রা: ওঁ ইমা ইবেম্মা লক্ষ্মী দেবী! কদায়দ লৈরিবগে? সুরাইদ ঙহাক্ত লেংথোরকও। মতিকচাব নিপা অমন ইমাবু কৌজরিয়ে। মতম মাংফনবিরম্ন ইমা ইবেম্মা, ননাইবু কৃপা তৌবিরো, মফম পুম্নমকত লৈবী, মতম পুম্নদ

ৱোজান হৈবী। হরাওনব থাগৎচরি।

(ফোং লাওন ৱোরক)

কিশমী (লক্ষ্মী): ওহ কনানো, ঐব্ কৌথিব তাববো? কদায়দনো? লক্ষ্মীব্রা থক্ষীব্রাও? ঐদি ইমিং লক্ষ্মী কৌয়ে। (অরাপ্পদে লাওনব)

ব্রা: লক্ষ্মীব্নে কৌজরিবসে, সোমদ ওহাক্ত লেংলকও। মহিকচাব নিপা নোংশা অমন ইবেম্মব্ ধ্যান তৌজরিয়ে। অমুক্ত চানবিরোও খুন্নাইগি য়াইফনব।

কিশমী: কয়াম্ম মহিকচাব নোংশানো? খুন্নাইব্ চাগে হায়ব্রা য়োক্কে হায়ব্রা? কদায়দ লৈবগে?

ব্রা: লেংবিরকসি, ননাইহ্ন সিদ লৈরে।

কিশমী: হৈ, করোকরাম্ব নিপা! নমীৎ পা থোকউ, নতাৎ তৌহ্ন। করি পাম্মি অশেংব তাকউ?

ঋষি (মমীৎ পাংথোক থুকম্মগ): ইমা ইবেম্মা, খুন্নাই শেমগৎনব নিথৌ ওইজগে, নোট অহনব ভাক্ত কোন্‌ংগি মাগুব অম শন্ন পীবিয়ু।

কিশমী: পোৎ তাঙলব মতমসিদ নোট অনৌব নম্ব য়াত্রে পোৎ তাঙনব, ইনফ্লেসন কিনরে। নপাঙ্গল অদ্ক ফরিবব্ কৈনো ভিক্ষা নিয়ু দোনেসন থায়য়ু। তল্লগ শেল কদায়দে?

ঋষি: দে'নেনন হাকমক্কহুন দোনারমথৈ কপ্পরে ইমা।

কিশমী: অদ্ ওইরগ অরৈবদৈ মুল্লু লাকউদনা। থৌনা

ঋষি: আইন্ন য়াদবনা—কিজবা।

কিশমী : আইন্দুস্থ্ ভন্নবনি, মবুক য়াম ফরবনি অপণ্ড। মীয়াম্নবু য়ানরবদি অওম অওম মুম্নবন্থ্ আইন ওইনব য়াবনে।

( খংমাং মাংখি )

ব্রা : বস, য়া লোইরে ঋষি, কৃপা পীনরম্মে দেবীন।

ঋষি : থৌনা ফবমথৈ থোম্মগ, মতু শোনবদৈ ললদি পায়ব মাগি খওদে মীগি খওদে, মুনব ভারেনে ঠাকুর?

ব্রা : মদু মক্নি ইনিংথৌ লক্ষ্মীন ভাকপিরম্বদু। লৈভ লায়রন য়াম্বনিন অকনব অথৌবশিংন লাকপ মুনব আইন ওইরসি হায়বদ মেজোরিটিন য়াননি। য়াইফরে, থুন্নাইবু নীংজব নিংথৌবশিংন য়াইফরে।

ঋষি : ভাইথো ঠাকুর, মংলান্দ জগোই শাখিনু। শেল লৈব মফম থিয়ু—ননাভোন শিংউ। কদোমদ শেঙ্লিং নম্মি?

( অনীমক মনম শুং শুং নম্মি কোইন চং )

থাবল্লেন কেন লাকই, মভুংদ চৌধুরী অমদি শিরোইন বেগ অমমম সনা লুপা থম্ম হাপ্ল ইম্নরকই।

থাবল্লে : অরেম্বদ খংননো। মোড়াদ ফম্মি ) নথোয় নথোয়ন কাগোক হানব ভমগদব সনা লুপা মশীং থানো।

শিরোই : লুপা লিশীং ১০।

চৌধুরী : সনা মুহোর ১০।

( থুপ্পুন লোংভুন লৈ ঋষি অমদি ব্রাহ্মণ )

শিরোই : লুপা লিশী ২০।

চৌধুরী : সনা মুহোর ১৮।

শিরোই : লিশীং ৩০।
চৌধুরী : মুহোর ২৫।
শি : লিশীং ৫০।
চৌ : মুহোর ৪৫।
থাবল্লৈ : নচীন্দ্রন নিলাম লাওনব্রিব্রাও ? য়াওরক্লবজাংলাও ?
(অনীহূন খাও খাও উৎনবদ)
লোংলম্ব ঋষি অমদি, ব্রাক্লণ অনীন মখুৎন পিস্তোল শা ফিন্নুংদ কিহল্লগ Hands up লাওবদ মখুৎ খাঙ্গৎ খাও অনীহূ থম্মি। ঋষিকু খাও অনীহূ পুথি। ব্রাক্ষন ভুং ইন মাংখি ধমকা খরু তৌরম্মগ।
থাবল্লৈ চিন্তা তৌহোই, পাখও অনীহূ কপ্পি, পুলিশ শাহূন আগরন Torch Light কাপ লাকই।
আগর : কনা কনানো ? কৈদৌনরে ? Hands up !
চৌধুরী : সনা মুহোর ৪৫ লাকপিগ্রে ! ঐ মাঙলে।
শিরোই : লুপা লিশীং ৫০ মুনবিগ্রে ডাকু অনীন।
আগর : কদোমদ চেনখি ?
থাবল্লৈ : চেনখিদে, ইশৈ ঙংদুন অসোমদ চৎখি। (থিল্লি)
আগ : লাও থিসি। (চৎমিল্লৈ)
থাব : তু, সিদ লৈরিব অনীসি মাল্লি।
আগ : ইচিন্নাওশিং, সুরাইদ অমুক্ত।
ঋষি : করি তাকপিদোবা ?
আগ : নিপা অনীখক সোমদ চৎখিব উবিব্রা ?

ব্রা: উম, নিপা ২ থক থাও অমমম পুরগ হয়াওন চৎখি।
আগ: অমুক্ত থিমিন্নরুসি লোমদ লেংঙলকও।
ঋষি: মতমসিদি থিরুদ্নবু কান্নম্রেদা।
ব্রা: অঙম অঙম লাক্পবনবু কয়েদা!
শিরোই: মানি, লৈভবশিংন লাক্লিংব, অরৈবশিংন লাকুব পামদব।
চৌধু: খান তানগ্রব শেলমিদা সনানিদা।
ব্রা: অরাকপ মীশু শিব কিদব থৌনা লৈত্রেদা।
ঋষি: চৎপু চৎনসি হায়রবদি হুব লাকপ য়ানব কৈ আইন ওইন—নত্তে, অরৈবগ লৈভবগ হিমালয় চীংদোনগ সমুদ্র লৈখাগ লাপ্নবগুম থেন্নম্রে। খর নকশিন্নহনব কৈ!
থাব: ময়াম্মক মান্নন খুংঙাইমিন্নববুদি ফত্তব নত্তে। অদুদ শূব নোম্বদদি মান্নসি য়ানদেদো তন্ন খুংঙাইনীংবন—অহিং অমদ দলাল শানীংই কার লৈনীংইদো।

খর চৎমিন্নরগ শিরোই চৌধুরী অনীদু মমীং থৎনরগ ঋষি অমদি ব্রাহ্মণগি মতুং মতুংদ চোংশিন্দুন কোল্লি।

শিরোই + চৌধুরী: শেল লাকখিব, সনা লাকখিব অনীদু সিনি।
আগর: হা শোইদ্রবাও? য়ৈব য়ারবাও? (চৈ থাঙৎলি)
থাবল্লৈ: সাক্ষী চংগদ্রাও? ঐ লৈ।

(খুদকুদ বিচারপাত শা লৈহাওন লাওরকই মনাক্ত লাকই)

লৈহাও: ভাইখোহৈ, কনা কনানো কৈদোনরে? হাংনগুনম্নু, বিচার চুম্ন তৌবিগে ঐ।

ময়াম্মক ( খুরুম্মগ ): বিচারপতি, ধর্ম্ম বিচার্র তৌবিয়ু।
লৈহাও : রায়েন পুম্নমক ধর্ম্মগি মথক্ত তৌনব 'ঙাক্পি, তৌব-দবু ধর্ম্ম হায়রবসি মমীৎ য়াম্মি, মীৎয়েং তিন্নদবদে : মযুক লাম্মব লীনগি ধর্ম্মনি হঙোইবু ফাহুন চাব, হঙোইগি ধর্ম্মন চেনব চোংব লোৎপ, মান ঙম্ব তীলকাঙ ফারগ চাব।
শিরোই : শা উচেক্তি ধর্ম্মগ সমাজদ লৈমিন্নব মীশিংগি ধর্ম্মগ মান্নদে। ইংন লৈমিন্নব য়ানব মী খুদিংন মপোং মরল মাংদনব চেকশিনব, মীগি মপোৎ চুব মুনব য়ানদব।
চৌধুরী : পোৎ চুব লাকপ মীব, লৈবাক্তি আইন্ন দণ্ডি পীব তায়।
ব্রাহ্মণ : আইন্দু শা নব লিপানে ঐখোয়, ঙম্মগ কনানো দণ্ডি পীযো। ধমকা কে ই।
ঋষি : লকপ মনব চংনবে, আইন ওইরে।
শি + চৌ : ঐখোয যাদে, যানীংদ। ( ধমকা তৌ লৈ )
( মথংন নোংমৈ মানব শাব উবদ জজন কিবগি মতে উংলি। )
লৈহাও : চেংখো ফবে, রা যামুসি শান্তি কায়হনব চুমদে। লুপা লকপ্রা সনা লাকপ্রা নখোযনী ?
ঋষি + ব্রাহ্মণ : লাক্তে—লাকতে।
শিরোই + চৌধুরী : লাকই—লাকখি।
লৈহাও : সাক্ষীদি ?

থাবল্লৈ: ঐ উহৌই মুনা থাও ১, লুপা থাও অম লাকখি। মশাদ চেক তৌবিয়ু। ( লৈহাওন মশাদ চেক তৌবদ থাও অমমম য়াওরম্মি। )

ঋষি: সনা-হাপ্প থাও নত্তে, ঙা হাপ্প বাজার বেগনি!

ব্রাহ্মণ: গঙ্গা হাপ্প খাওনি, লুপা হাপত্তে, মনম হেক্তবিয়ু।

লৈহাও ( মনম নম্মগ ওগং ): ঙাহিং নম্মি, অমসিন গঙ্গা মমম নম্মি। নর্থোয়নী নবাল লৈংতে চংলো। ( অনীহু খিগংল চংখি ) খিহুমহু মকোক ঙাওহুন ফমথব য়াওই, বাম্থব য়াওই—কপ্প য়াওই। নত্তাং তৌদ্ব ত'নীংদে চংলু। ( তাম্বোকখি )

কুম্মৈহু খোম্মৈ অমদি লালুপ্প থরাই তান ঙক্ল য়েংলম্মি। মঙ লোইশ্রে—Light & music change তৌরে। অচম্ব Light music তাইবংপান মান্নব—খোমমৈ লালুপ ঙক্লম্বদগি ৱারী শাখি।

খোমমৈ: মঙলা তাইবংলা সিবো?

লালুপ: মঙগ তাইবংগবু করি খেন্নরদ্বনা? মঙস্মু তাইবঙ, তাইবঙস্মু মঙনে।

খোম্মৈ: মঙন হানরা তাইবঙন হানরাও?

লালুপ: খৃষ্টানগি Let there be light, there was light, মঙান লৈরসনু হায়বগ ফোঙ লাওন ঙানখি। মঙান্দগি মঙন হান্ন লৈখি।

খোম্মৈ : হিন্দুগিন, বিষ্ণুগি খোইদৌদৈ থম্বাল অম শাংলি, থম্বালদুই মথক্ত ব্রহ্মান খোঙ্গ্রাই চন কম্মগ তাইবঙ শেমখি হায়।

লালুপ : বিষ্ণুন হান্ন মঙ মঙলগ কোন্ন তাইবঙ শেম্মকপনি। মঙদগি তাইবঙ পোকপনে।

খোম্মৈ : তাইবঙগি মমাসি মঙ ওইব তারেনে। তাইবঙদ অমুক মঙনরিব মঙয়ামসিদি—মমা কনান ওইব তারে?

লালুপ : তাইবঙন মমা অমুক ওইরে। মঙদৈ তাইবঙ তাই-বঙদৈ মঙ!

খোম্মৈ : য়েকুমদৈ য়েনবি, য়েনবিদৈ য়েকুম!

লালুপ : হৈ, য়েকুমদৈ ওনখিব য়েনশিংসি য়েংউ :

সূট তাইদা লুহোংবগি কোয়েং য়েং দোলাই অমৈ মথক্ত আগরসিং ফম্মি, মনাক্ত লৈ নাচোম ১, উপু মচা মচা মণি মুক্তা হাপ্প—শেল থুম লিককোল হাপ্প ২/৩ লৈ, সুরজিং, প্রকাশ, চৌধুরী. শিরোইনা দোলাইদু পুরগ চংলি। য়েং ওইদ লৈহাও অমদি থাবল্লেন শেন্ন, মিঠাই লান কা লান চংলি। Band Party না খোঙ-চংক তান চান সালামী খোংই। কিশমীন মেমন্নুবি নত্রগ তাঙখুল মুপিগি ফিজেংত কেন লুহোংদৌবগি চর্চ্চতা লাকই, লৈ নাচোম অচেব ১ পায়রকই। Gate তা চংলগ chair দা কম বরবু ভায়রি। খোমৈ অমদি লালুপ্ন ওক্ল কুম্মৈদু য়েংঙি।

কিশমীন য়েৎকৈ লাকই, ওইরোমদৈ দোলাই লাক্লগ Gate মখুংদ চং Left corner দা দোলাই থারগ বর কুমথে, লৈহাও অমদি থাবল্লেন মনপ তৈথোক মফি মরোল শেপ্পিরগ চৎহনখি—বর কন্যা উরবদ মোমোন নোক্লে, লৈ নাচোম লাক্লে—লাপ্প কিশ ত্তৌনৈ, মখুৎ শম্নরগ ইমুংদ চংখি।

দোলাই মথক্তগি উপু মচা অমদি বেগনচিংখহ্ন পাক-পাক লাক্লে থর মুল্লে—লৈহাওগি মীচংন সুরজিৎ + প্রকাশ, থাবল্লেগি মীচংন চৌধুরী + শিরোই। যুবি রাকপি মীচং শান্নবগুম উপু লাক্লে। ২/২ থুংনৈ। ৩/৩ দু অমুক য়েন্নবদ হায়ফেৎ খৎনৈ। লাপ্প খোম্মৈ অমদি লালুপ্প থরাই চাকন কুম্মৈ য়েংই। লালুপন শাওন কোংভৌ গাংগাং থিল্লি, আগর অমদি কিশমী চেপ্পোরক য়েংই, আগরন থর কায় থরন মাংই। সুরজিৎ + প্রকাশন লোৎপদ কাবদি ওমখিদে থরদি চিংনখি। চৌধুরী, শিরোইদগি থর কাখি খিংতং লেমহৌই—থীন চৈখি warning পীখি! খোম্মবু লাটৈ ৩/৩ য়ৈহল্লি।

চৌধুরী + শিরোই ইকাইন হনখি, থাবল্লেন থেম্মগ থিন্দোকখি। লৈহাওন সুরজিৎ অমদি প্রকাশপু শোগৎলি, আগরন বার্নীং ত্তৌরগ থাদোকখি। থাবল্লে ইমুংদ চংলগ underground গি পোষাক শেংলগ চংখি। আগরন কদায়দনো হংবদ—"underground দা চংলে" খুল্লম্মি।

লৈহাও ইমুংদ চংখি। আগর অর্মদি কিশমী চৌকিদ কম চা থকই, খোম্মৈন সেবা ভৌই। লায়রবশিংগি চাউখৎ থৌরাং ভানৈ।

( dialogue খর )

আগর ( চৌধুরী + শিরোইদ ): থাজবগি থবক নখোয়দ শিন্নরম্ব মমল অচৌক য়াম্ব পোৎশিংদু কৈদৌন মাংহল্লি?

চৌধুরী, শিরোই: ঐখোয়দি হূদে।

আগর: অদুদি পোৎশিংদু করম্ন মাংখি?

চৌধুরী: ঈশিংন মনিল ওইন পাইখিবগুম।

শিরোই: কপুরন মাংখিবগুম—ওইথোক্তব নত্তে।

আগর: নচীম্বীম্বু।

থাবল্লৈ: সাক্ষী প্রমাণ লৈত্তে।

আগর: তুমিন লৈয়ু। খোম্মৈ রাইখু! সিদ লাও। লৈবাক্তি মাঙনব থবক তৌরবদি, লৈবাকসিদৈ তাম্থোকপ মথৌ ভাবনি। হম্মকমুক্তি লীচৈন অহুম অহুমক কল্লগ চহি ৩/৩ জেলদ লৈব য়ায়। মথৎদ অমুক থাজব হাৎপৈ থবক তৌরবদি পুন্সি চুপ্প লৈবাকসিগি রাংমদ লৈরুব তায়। খোম্মৈ! অহুম অহুমদং পীখো।

( নিংজোন্দ ৩/৩ কল্লে, রান থাংলে। )

জেলদ পুখ্রো। লম্বীদ গেট খিৎতং হেন্দোকপগ খোম্মৈবু মেৎলম্মগ ২ হু চেনখি—খোমমৈন রাম্বহুন

লৈহৌই। লালুপ্ন টিন্দ গদাং গদাং থীল্লি, অদ্ৰগ খোম-মৈবু লাইকয়ে, জ্ঞান তারকপদ—

খো: কদোমদ চৎপ্রে? (ফিংবন লালুপ্ত মেৎলি)

লালু: আঃ আঃ—ঐ নত্তে নহে! (থাদোকই)

আগর: (সুবজিৎ, প্রকাশতা। নখোয়নীন করি করি হুবা?

সুবজিৎ: হুব নত্তে, মাংখিনি হায়রুন থমজিনবনি।

(ফুরিংখাওদৈ কৌটা মচা ১ লৌথোক্লপী)

প্রকাশ: হুরানব অনীহুদৈ মুলহৌবনি। (ফুরিংখাওদৈ লৌ-থোক্লগ বেগ ১ পী)

লৈহাও: মখোয়দি মবুক শেংপ্রব মহৈসু হৈপ্রব ঙাক্তনি।

আগর: অহু ওইরবসু ঐদি তাইবং মীবু থাজদোব কিরে। হায়দে হায়নি নখোয়সু চেকশিল্লু: লৈবাকসিদ দগুি ব্যাৎপদৈ নত্রগ ঙাকপিনব কনবিনব য়াম্বদৈ হুরান চিন্থী, নমথাক লৌনম, লাকপ মুনব মশীং হেঙ্গৎলে। মরম অদ্ৰন মরাল লৈব মীবু মতুংসিদদি লৈবাক্তে তাম্বোকপ নত্রগ মথরাই হাৎপ।

খো: মখোয়নীসিদি লীচৈ থর মশীং য়াম্লমগনি। (য়ৈগে তৌব)

লৈহাও:: য়ৈগদব নত্তে রাইখু।

আগর: মখোয়নীদ্ৰ মরাল লৈ হায়বগি প্রমান ফংদে।

খো: হুখিব লাকখিবদ্ৰ ইমীৎনদি উজ্জহৌই।

লৈহাও: য়েংখুমীৎ থুংব নমীৎকি রা লৌঃদ।

আগর: পুথোকপ্রো। প্লানীং কমিটিগি মিটিং লৈ। খোম্মৈ।

মেজ চৌকি থারো। কৈদৌরি ?

[ খোম্মৈন তাম্মোকই, লৈবাকলৈন খর থিন্দোক জুজা খর ভৌনর চংথি। খর চংলগ খোমমৈদ ২ চং হাংকে ত্তৌবদ খোমমৈ চেল্লকই। কিশমী চংলকই মেগসি শেং বেগ পায়।]

কিশমী: ঙসি মিটিং লৈত্রাও ? (লালুপ ভুমিন লেপলে। নংবু ননা পান্দ্রাও নরোল থোক্রাও ?

লা: ঐদি উচেক ঙাকপ ব্রাকবোকনি। ঐগি ইরোল হায়ববু (টিন্দু গাং গাং) সিন লোইরে।

কিশ: করি কান্নরিবগে ব্রাকবোকসিবো ? চা লাম্মোক লান-সিন শিজিন্নব য়াত্রাও ?

আগর: মাগি থবকসি তলবন্তি চাউই, অনৌব কম অম মাগি শেমদ্রিক্ফাওব অস্নুম লৈখিসনু। হৈ! নঙ চা লোরো, চে নুং পুথোরকউ মিটিংগি। (লালুপ চেল্লক হয়াওন সেবা তৌই, খোম্মৈ মখোয়নী। মেজ থারে, চৌকি অনীগ—চানব থক্নব মেজদ থম্মে—অনীহু মতিন য়োংলি।)

কিশ: চিনি চামচ অম পুরকউ খোম্মৈ।

আগর: থুম খর লোক্ল অহল। হৈ, চুরুট উপু অমগ—মৈখেংস্নু। (অনীহু পাখোলদ কোইন চেল্লি।)

কিশ: কা চাগে খোমমৈ। হৈ, জরদা খর য়াম্ব। ঙসিবু করিগি মিটিংনো ?

আগর : চাউখৎ থৌরাংগি, লায়রব তাম্থোকপ, ইনাকখুনব-ঙাক থমহৌর্ব।

কিশমী : মথোয়দি কদায়দ লৈরুসিরা ?

আগর : মান মান থোকপ চৎচখিব, ঐখোয় ইথৌ নত্তে।

কিশমী : লায়রব কদায়বু কৌই ইবুং ?

আগর : পেন্দব মনীংথুংদব পুম্ব লায়রব চিংই।

কিশমী : ঐখোয়স্মু য়াওরেনে অহুদে, ঐখোয়দি কদায়দ লৈবিরুনি ?

আগর : লায়রদনব শেল খোম্ব তারি, স্মুম লৈহৌনব।

কিশমী : অহুদি চাউখৎ থৌরাং হায়ববু ঐখোয় হান্না ইনাক খুন্নব হোৎনব তারেনেকো। থবক কন্না নোম্মগ ইনাক খুনগৎপদি কুইন চংইদো। য়াম্না ব্বাবিবনে। পরপ পরপ খুনগৎসি হায়রবদি হান্না ইনাক খুন্নবশিংগি চেংফুদৈ চেং কোৎপ ওইসিরা ?

আগর : হো, মহুনি চাউখৎ থৌরাং হায়ববু। ঙাইখো, মৈর্ব্বাক মচা তাম্থোকপসিদি করম্ব চহিদৈ তান্সিগে ?

কিশমী : ঐবু হায়বিয়ু হায়রবদি ইতিহাসকি মমাংদৈ তান্নসি, চাব হোংগনিকো ইবুং।

আগর : অহুদি চীংমী তম্মীদ লৈহৌব তারে, মুন্নীম ফাওব তানব তারেনে। শাওদি শাওনপ্রনিদা !

( লমহুনা লৈরম্ব চৌধুরী, শিরোইন থেং থেং অনীরক কপ্পাগ চেনখি। আগরন কৈরুদ পাল্লে, কিশমীন পাম্বোমদ পাল্লে। )

আগর : খোমৈ লাওনহৈ, নোংমৈন পান্নেনহৈ।
খোমৈ : সোরী ! কোক্তদি পান্দন খোঙদ - ইহে
লৈহাও : হাসপাটালদ পুরো—খোমৈ।
আগর : মঙম খরদং ইন্থং শিনবিরম্মু ইমাতোন।

( আগরন লুহুব শিন্নরম্মি লৈহাওদ। আগর অমদি কিশমীবু খোমৈন হাসপাটালদ পুথি। নোংমৈ মখোল তাবদ লালুপ্ন টিন থিংই। লালুপস্থ চংলক্তুন অংশোকপ য়েংলৈ, পুহনখি হাসপাটালদ।

লুহুব উপ্লব শশি পায়রবী লৈহাও কন্দুন পোংদুন হঙ্গং হন্দা চংলি। মনাক্ত রা খর হায়জনীংবৈ মতৌদ লালুপ্ন ইন্নরি, লৈহাওন করিমত থৌশাবিদে। )

লৈ : করিনো ইত্তুংদ শোং শোং ? খুংলাই য়াওত্রাও—

( ফুরিংখাও উং—মখুং থাঙ্গং লেপ )

লালুপ : ঐবু কাউবিরত্রা ? অং অদুঙৈ—।
লৈ : ( চেপথদুন য়েংলগ ঙহাক ) নিংশিংবকা শংদ্রি, আদ চংলু নখো তৌক ! ( চংলগ Gate তা লেপখি )

[ প্রকাশ অমদি স্নুরজিং নান্ন শেং লিং পরপ পরপ হরাওন চেল্লকই। লালুপ্ন থোঙ থিংবদ মখুং ত্তিংথোক— ]

লৈ : থাজিল্লকউ রা কবোক, উচেক নত্তে।
( অনীদু চংলক অমন খুং য়েং অমন ওইগ চিংনৈ। )

শক্তিদি পায়রেদো, হুজিক করম করম তৌরগ নুং-ঙাইব হেঙ্গংনি খন্নব তায়।

স্নুরজিৎ : ঙসি মুংদাংদি ঐ চাক কৌজগে—ইশেংমু তাসি, বোল দান্সনচিংব হৱাউফুম্মৈ কয়া নোংকুং ঙানব ফাওব প্রোগ্রেম।

লৈ : উম, মহ পুন্সিরোলনি।

প্রকাশ : অহানবদ তৌগদবদি : লালহৌনীংব পেন্দবশিংগ হায় তেশিন্নব, লৈবাক লাংহন্দব করিগুম্ব পাম্মেন।

লৈ : মহুম্ম চুম্মি।

স্নুরজিৎ : চান্নসি য়ারক্রবদি লমহেনবশিংনা? পীব ঙম্মোইদব ঙাক্ত পীয়ু, নত্রগ নহুৎ শিনগে চৌকিদৈ কুমথরকউ হায়রবদি ?

প্রকাশ : মহ 'ওইরগ কাপ্পরে, লাম্দ তারেদনা।

লৈ : ঙাইখো, মখোয়বু কৌহল্লগ ঙাংনহন য়েংখিসি। হৈ খোম্মৈ ! রাইখু !

( খোম্মৈ চেল্লরুগ সালাম তৌরৈ )

হুজিক নিংঙাই য়াম তৌরিব ওইনা বিজান্দাই মচাশিংদু কৌরু।

খোম্মৈ : কদায় লৈরমদগে? থিব ফংলোই।

লৈ : ফংদনব থিগনু। লৈবাক ইরাং নেমথনব রা থন্নসি হায়রু।

খোমমৈ : লাংবন পামজৈ, চান্ননীংদে হায়বদি প্রমাণনি?

লৈ : ( শাওন ) চান্ননীংলম্মদি? মরৈ তৌন্ন, চৎলু হুজিকমক।

খো : লৈমুং চ থিরুদৌবসি ·তম্ম শোনব চৎখিবদ)

লৈ : চাক চায়োইরা নঙ কক রাইখু?

খোম্বৈ: শক্তিক চারগ মীবু ছিংব্রাও? (চংখি)

লৈহাও: মীয়ামগি চাউখৎ থৌরাংদ থাদগদব শেলগি শরুক খরদি ১০০ দা অস্থুক অস্থুক হায়ন অশিন-অরাং কাংবুন ককহৌব চংনরে হৃক্তিক।

সুরজিৎ: চানরিব ভোলোঘকি মথক্তা—? চংনরবনে!

প্রকাশ: চামদ ১০ সি য়েন্নব কান্দ থুংনদহুন খংনগল্লি, রা য়াম্নদনব ১০০ দা ২৫ না ফরোইদ্রা?

লৈ। অত্তাব অখঙব অাতন ঐখোয়বু নুংশিহুন কুইন পুনসিয়ু হায়গদ্রা নত্রগ পরপ পরপ শিরসনু হায়গদ্রা? মহুস্থু খন্দব য়াদে।

সুরজিৎ: চামদ ১০ স্থু য়াম্মনদে ২৫ স্থু য়াম্মল্লি, অহুনদি ২০ দা লেপ্পরসি—কংগুস্থ "লোন, গ্রান্ট, সবসিদি এনী" ওইজ-ওইথক মীঙোনদ কান্নহনবদ লায়রব ঐখোয়সু ১০০ দা কুন কান্নহৌব তায়।

প্রকাশ: মসিদ শাওন্নব হায়হুনে। "গিভ এন্দ টেক পোলি-সিনি।"

লৈ: মবুক ফবশিংদি শাওরোই, অরাব হায়ববু মীয়ামপুন্ববু মবুক ফহনব, রাথল খলহন্দব য়াদবসিনি।

সুরজিৎ: থবক শূম মীন শূগ্রে, শূদবশিংবু রাথল খলহন্দনব কাম্পোজ, সিকুইল, কানী পীজরগ তুমহন্দুন থম্নবদি কমদোই?

প্রকা: মদু কান্নরোই, থবক শূন শূন মীদি ব্রাখল অদুম খনব ঙম্মি।

লৈ: থবক ব্রান শূহন ব্রাখল খনব শংহন্দবদি য়াত্রাও?

প্রকা: থাজদে। মী ১০০ গি মক্সুংদ ৯৫ না থবক শূরগ ৫ না ব্রাখল খলহনব য়ারবদি ব্রারোই। অব্রাব থবক কনব মীশিংদ তোলোব থর থরদ পীব অতনব ব্রাখন্দ খনবশিংদ তোলোব থর য়াম্নপ পীথোকপ।

খোম্মৈন পুদুন থাবল্লৈ, চৌধুরী অমদি শিরোই অন্দরগ্রাউন্দ মী মান্ন শেং লিং লাকই। লালুপ্ন গেট্রা চেক তৌই।

(চংলক্লগ বেঞ্চ থা ফমহল্লি, লৈহাও, সুরজিৎ প্রকাশন চৌকিদ ফম ব্রা ঙাংনৈ। মেজ মথক্ত চে কলম agree-ment ইননব লৈ।)

লৈ: নহারোলশা! নখোয় লাকপ সুংঙাইরে। ফম্মু খংনব য়েংনব নিঙাই তৌক্লরসি। ময়াম্মক নুংঙাইমিন্ননব য়ানব অম পুরক্লসি।

(সুরজিৎ খোম্মেদ ইঙ্গিৎ তৌরগ, খোম্মৈ চংখি—রাইফল লৌক্লরগ ঙাকলৈ অকোইবদু।)

চৌধুরী: মৈর্ব্বাক মচা তাস্থোকপগি মতাংদ ঐগি মোত্তি চীংমী, তম্মী অমদি মুশ্রীম নত্তবমখৈ তাস্থোকপিখো য়াই; কোংন তানব ফত্রদ ভারতকি সংবিধান্ন শাওনি হায়রগ—তীলহিদাক, সনাহিদাক শিজিন্নব, ফ্লিট কাপ্প, ফেনাইল চায়ব ইয়া য়াঙ্কৈ।

শি'রোই : চৌধুরীগি দাবীসি ঐগিস্নি, মতুই মথক্ত অনীশুব

দিমান্দি : অয়ানব, অমোৎপ, মীচংমীখাই নায়ব, শেঙ্গা থুমজা, মীশক মীমায় য়েংব অচম অথৌশিংবু মথয়াই হাৎপ নত্রগ লৈবাক্তে ভাম্বোকপ।

থাবল্লৈ : অ'থোব অনীন ভাকপিখিব দাবী অনীঙ্গ ঐস্মু সমর্থন তৌজে। মতুই মথক্ত ৩শুব অমত্তংগ পামজৈ মতদি : ঐখোয়দ ভে:বাংবিরকইব মরূপ হায়গদ্রা ইপুরোইব হায়গদ্রাসি মবুক কয়া শেংদে, অনৌব অম শিল্লসি শকচু ঈ-ভে ং হা'ংফেৎ মাল্লব থল্লগ।

( লৈশাও, স্বরজিৎ, প্রকাশ য়ানীংদব, ঙকপ, খংব হায়রকপ খুদিংদ উংলি। )

স্বরজিৎ : নহারো'লন পাশ্বিরিবসি : চীংমী, অমদি পাঙল নত্তবমথৈ মৈর্ব'ক মচানি, করিগুম্ব পা'স্বন মখোয়বু ভাম্বো'ক'প, অমা। করপসন ভৌব অচম অথৌশিংব মৈর্ববাক মচাগুম ভাম্বোকপ নত্রগ হাৎতোকপ, অনী। ভেংবাংবিনব মরূপ শকচু ঈ-তোং নকুব য়েংলগ অনেব হো ব, অহুম।

ফিরেপ অহুমসি মীৎয়েং অমদ ফরগম্মু ঐগি লৈতোম্দদি থুম য়াম য়াকই। ( মরৈ তম্মি )

প্রকাশ : ঐখোয়গি চীংমী, মীতৈ, পাঙলসিব মীরৈবাক্ত চৎখিব লৈখিব য়াওদব্রা? মখোয়ব ভাম্বোকপিরক'লাইব্রা? খম্নব চুম্মি। করপসন ভৌবশিংব মৈর্ববাক চিংলবদি কনা

কনা লেমহৌদগে ? খুদো' হেক চাবদ সাধু ফাওব মীগি ফুরিংখাওদ হুয়ৈ, চেংফুদৈ চেং কোংনৈ। অহুমশুবদ লায়রব ঐখোয়দ তেংবাং পীরম্ব নত্রগ পীরদৌরিব ইপু-রোইবদ্ মৈর্বাক নত্রাও ? মৈর্বাক চাব্ তাম্বোকনী ব, মৈর্বাকচাগি মতেংদি পাম্বসি—ঐদি খর ৬কু থোকই।

লৈহাও : মী হায়বসি মীংয়েং তিন্নদে, পুকচেল তিন্নদে, চিল-হাও তিন্নদে। চান্নব য়ানব কৈনে৷ য়ায়েন অম থিসিরা নত্রগ মীয়ামগি ভোট লৌনাসরা ?

নহা ৩ : ঐখোয়দি হায়জখিবদ ন লোইরে, ইতপ আতপ অম ফাওব তাহনব পামদ।

লৈহাও : অদ্দি কোন্ন অমুক খন্নসি। ময়ামসি অমুক্তং পোখানব থিন্দোকউ, খোম্মৈ ? তারব্রা ?

খোম্মৈ : কদায় তান্ন থিন্দোবা ?

লৈ : কৈশুমশঙদ পোখাক্কবন য়াইশংনি।

( ৩ দ্ হৌগংলগ লৈহাওদ শংত্রিক য়েংই )

খো : লেংলসি, পোখাব নুংঙাইদৌব মফমদ। ( ইল্লি )

Gate য়াংম য়োরগ অহুমদ্ তুংদ নোংমৈশিঙ ইল্লিব খোম্মৈদ শংত্রিক য়েংই—freeze তৌ লৈ। খোম্মৈ মনাং হল্লি নোংমৈন আতৈয়াদ তম।

থাবল্লৈ : বাইখু নঙ মাঙ থাও।

( খোম্মৈন মাঙ থায়, নোংমৈন তৌত্রি খোঙ মরীদ খোঙথাং মান্নন Left right তা চংখি—band party গী তাম্মাদ। অহুম য়েংলৈহৌই। )

লৈহাও: হুজিকসি মুংঙাইন্নব মতম্নি!
সুরজিৎ: মুংঙাইমন্দুন মীৎতৈ পিরাং—!
প্রকাশ: মৈর্ব্বাক মচা ঐখোয়দি নোক্কব ঙমদে।
সুরজিৎ: মৈর্ব্বাক শেংলম্মোই অহুননি।
প্রকাশ: কপ্পগদি কান্নগঁর্ব্রাও?
সুর: কপ্পবু কান্নবব কপ্পুাও?
লৈহা: ঙসি ইশৈ জগোই চাক্কি পার্টি লৈব নব্রাও!
সুর: হুজিকমক মতম ওইরে।
লৈহা: অহুদি ঐ মেক-অপ তৌজক্কখিগে, অমন হায়লেংলগ মক্কমহুগি Security measures য়েংবিক্ক, অতোপ্পদুন ঐগ চৎমিন্নবব।

( ইমুংদ চংখি—কি হোংনুই—কেক্কই )

প্রকাশ: মথন্দ লেংদৌরিব অমদু কনানো?
সুর: খঙদে, ঐদি লোইনদৌরিব অতোপ্পদুনি।
প্রকা: ঐন লৈহৌরগ অদোম্বু চৎলবসু, অদোম হাল্লগ ঐনবু কোহল্লৌরবসু ইয়া য়াই অপাম্ব খনবিয়ু।
সুর: "বিহরতি হরি রিহ সরসবসন্তে" —অর্থ করিনো খঙ-বিব্রাও?
প্রকা: ঐ খঙজে, অদোম হানবিব তারে।
সুর: করি খঙলিবা?
প্রকা: বসন্তগি ফিরোল লৈব কারক্কব মীয়াম মরক্ত পোকেট মার লেংশিনগ্রে হায়বনে।

সুর : হরিবু পোকেট মাররাও ?

প্রকা : নত্তদে করিনো—শ্রীমতীদো বিধবারাও ? থর হানবিরম্মো ?

সুর : অদুম্ন অর্থ হনব হোনদে।

প্রকা : অর্থ য়াম্ন হৈবিরবদি—"সজ্জিতা কমলিনী রাধে।" করি হায়রিবনো ?

সুর : অহুক লায়বহুবো ?

প্রকা : লায়রবস্মু খঙবু খঙত্রবদি ফেল।

সুর : পুত্রীদ শাংপি থয়াল চামনিপাল অঙাংবীন কংকালদ কারক তেনবা মচিন তৈরে হায়বনে। ফজদ্রা ?

প্রকা : ফজদুন কৈদোদগে—লাল্লবদবো ? হানবিরম্মো। কে-ন লৈহাও থোরক্লগ—

লৈহা : লেংলসি য়ারে, ঙায়ব ৱাবিররিনি ?

প্রকা : এঃ করিগি ৱারুগবনো। ( পাম্বোম তিংথোকই )

সুর : ঙায়বসিস্মু ৱাগ অমনি, ৱাবদি হায়রুনু। ( পাম্বোম লাম্মোকই শমুনব )

[ অনীহু থংনদনব মথুং নাম নামন কোংলগ অহুম চংপগি প্রাকটিশ তৌই। লালুম্ন শাওনাংন য়েংই।

Back ground দা থায়নবৈ ইশৈ শকপ তায় :

অহুমহু পুম্ন চংপ য়ানব হোংনে, লৈহাওন য়েংত থর নক্ল ( চাম্ন ) চংপ উবদ ওইন শাওরপ য়েং লেপ্লি। অমুক চংমিন্নৈ, ওইদ থর নক্ল ( চাম্ন ) চংপ উবদ য়েংন

শাওন তপ্প চৎপদৈ লেপ্পি। মমৈ চাং চপ মান্ন ৩ হু চৎমিন্নখি। ইশৈহু শকপদ লালুপ্প মখৱাই চাক্ল লাওই, মুংঙাইতব মতৌ উংলি। ]

হৌদোঙন ঙা চাব য়েং,
তানবদি ঙমদ তঙক তঙক;
হিংবৈ মথৌ, আজকাল,
করম্নো ঐখোয়বু করম্নো?
নখোয়' লৌবুক, নখোয় সনবি।
মপুনি নখোয় হৱাউজো।
পাট্রান নমিংদ, মহৈন মীঙোন্দ
মপুনি নখোয় হৱাউজো।
হো·ও ফোরেন খোকপি লৌকম,
সঙ্গোম খোকপি সনবি,
চাবদি ফংদেকো—কল্লকই।
ঐ' ওইরম্নি শকহেনবি,
য়ুম্নাক্ল ইতুং ইলহৌবি,
মী' পাম্বোমদ·কো—কল্লকই।
হৌদোঙন ঙা চাব য়েং
তানবদি ঙমদ তঙক তঙক
হিংবৈ মথৌ, আজকাল
করম্নো ঐখোয়বু করম্নো!

(অহুমহুন গেট লান চংখিবদ—ইশৈহু লোইরবদ লালুপ্ন টিনদা গদাং গদাং—অহুমহু তানীংদে ওহাক লেপ্লি।)

লৈহাও: করিগিনো অদুক কন্ন থীল্লিববো? (শাওন)

লালুপ: থরাই চাকপগি খুত্তমনি। (ইংন)

লৈহা: তাইবংপানগি হোৌনবনে, থাংব তাব। (চংখিব)

লা: থৈদেন য়োরবদি পোং অমত্ত তপকে?

লৈ? কন্নি পোংনো?

লা: বাটিল মচা অমত্ত লৈবিররকও। (মখুংতি চাউন তম্মি)

লৈ: কৈদৌনবমো? করি কাম্নবা? য়ামন লৈবনি।

থা: অহনব নন্নবদি য়াদবা।

লৈ: অহনব বাটিলন কৈদৌদোরিবা? (শাওরপ)

লা: মীংলুদৈ শীঙ্করকপ পিরাং য়ানব। (ইংন)

লৈ: চরোদা, কৈদৌননি হায়বগে?

লা: চারোল শূরোলদা শিন্নরমগে তোব। (মপি তৈথোকই)

থোশাদন চংখি। লালুপ্ন মপি তৈথোক টিন ওহাক থীল্লি।

(লীলা লোইবৈ য়ুথল চিংখি)

---

# পাউথোন অহুম অশিরৈবাক্তে

(পুং ১ গি রেডিও লীলা)

লীলাদ য়াওব মীকোক:

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | ক্ষেতিবাবু | চহি ৩৭/৩৮ | মখোল | পিক্লাংছুংপ। |
| ২। | কাগোক্সা | „ ৩৬/৩৭ | „ | পওলপ চাউব। |
| ৩। | খোঙজা (পা) | „ ১১৫ (শিগ্রব) | „ | খোন্সি নত্রগ মি-মি লাওব |
| ৪। | নুরা (পি) | „ ৭৮ | „ | „ „ „ |
| ৫। | লালা (পা) | „ ৮৮ | „ | „ „ „ |
| ৬। | দুসাহস | „ ২৫ | „ | হৌন—শেংব |
| ৭। | দূরবীন (পি) | „ ৩২ | „ | নৌব—মেঙব |
| ৮। | ইধৌ জম্বুবান | „ ৮০ | „ | নিকপ—হৌব |

(যন্ত্র ইশৈ মতেক ১, পুথম থাদব মখোলদ লোইব। সেকেণ্ড ৩ চীকপ, উগি থোঙ থিঙব মখোল, গম লাওন। সেকেণ্ড ৩ পুমচিক্কচীকপ।)

ক্ষেতিবাবু : বস ফরে, ইমুংদ অমদি য়ুমগি অকোইবদ—কনামত লৈতে, ছজ্রিক নুংদাং পুং ১০ রোম তাররিনি। ঐরাইব য়ারে 'পুন্সিগি পোলোই' লীলা। হেরোস্ম্ ঐন শাব, ভিলেন্স্ ঐন! হেরোইন য়াওদ্রে, থায়নগ্রে ব্বাই শংনব, ইলেক্সন্দ মতৈ ঐন কেন্দিদেট ওইরগ, মীভোন্দ ভোট থাদবিদো। লৈতে ইচা, লৈতে মরীমতা মরূপ মপাং অশেংব, কনাস্ লৈজদে মাইথীরব শিদ্রুখাক ঐগি। লৈজদে ভাইবংদ অতৈ কনা, ঐন শিবদ কপ্পিহৌনব। পুন্সিদ ইমান্নবগ মীমান্নদ্রব, হিরম খুদিংদ মীথাদ থংলব ক্ষেতি-বাবু, নঙব্ হিংবগি করি কান্নরিবগে? নঙন শিগ্রগ চাব থকপ খিংতংদস্ হোঙ্গংপ য়াই, শিগ্রো নঙ, মীয়ামগি মঙ্গল থরদস্ ওইনব। (সেকেণ্ড ২/৩ চীকপ)

(শাওরপ নেম্ম) ব্বাহংহূ ঐঙোন্দ হংলিব নঙ কনানো? নত্তিক নগুণ কয়াম লৈহুন মীব্ শিজগ্রো হায়রিবনো? জরিপ ভৌদ্রিব, অমম্ব লৈবাক্তুদ চংখিব কনা, হল্লকই হায়ব তারবগে? মৈনুংদ ফাওরগ মৈত্তাল ইক্লম অমস্ম মালংদ ত্তিনখিবহূব্ ম্নুংঙাই হায়ব্রাও? নত্রগ লৈনুংদ চং শুক্রং ছুং কপ্প লাওব তাদন তুমিন মথন্দ লৈখিবহূব্ ম্নুঙাইনি কনান হায়বগে?

(পোংলপ হৌন) মতম অমদ মত্তিক মরল লৈরম্ব, লৈশাবি মৌ, লুগ্রাবি কয়ান ইলেক্সন কেন্দিদেট ওইয়ু হায়ন ইন্সিল্লম্ব, অহল নহা পুম্নমক্ক ত্তরাম ত্তরাম কৌন—

নীংলম্ব, ওইজব মাংগ্রব লাইবকথী কয়াগি ক্ষতিপূরণ, ভানবিব ঙমদৌব নিপানি থাজনরম্ব, ক্ষেতিবাবু হেরোন হায়রিবনি। হা হা হা········ (সেকেণ্ড ৩ চিকপ)

(নেম্ন) কনাদ হায়রিবা ক্ষেতিবাবু, ক্ষতিপূরণ পার্টিগি লীদর? (হৌন) ব্বাখন্দ খনব, থবক্তি নিংথিন পাঙব ঙমদব, অপঙব ভিলেন নঙ্গোন্দনি। মীগি মচৌন্দ থাজব, মবুক মনুংহুদি উব ঙমদব বহু নঙবুনি শিজগ্রো হায়-রিবসি। মরমদি, মাইথীরগ হিংব নুংঙাইত্রে হায়ব খঙেঙ, নতুংদ মীন লক্লরে, নোক্লরে খঙেঙ, নতিক চাব খুংলাই পায়খৎ, মীচং খোম, ধর্ম্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদা অমুক চোংথোক, লান য়াওব ঙম্নব পাম্নি, নমীং উইশল্লব ফাওব উদ্রে। অহুনদি, ব্র.ইন্দ লাইবক য়েংও; কনান খঙনি, থর হেম্ন নুংঙাইরম্ব য়াই। হৈজ্রাং অসুম্ব অম পায়রগ—অসুম্ন, দাক থিন শিব—(উপাক অমদ থিন—মখোন্দু Record)

(নেম্লপ) No. No, No! মহুই মীশিদু চাউ-খৎত্তে, থাইনদৈ চংনরকপ থৌরা কোঙ্গোইন থুব হেন্নি শান্তিগি অরোইব ষ্টেশন্দু য়োব। শিফাস্তুদুন হাসপাটালদ অমুক পুখৎ রেলওয়েগি waiting room দা লাংতক্লন ট্রেন থুংলব ঙায়ব, ঈগি কোইচেন চেঞ্জব, এঃ তল্লি। খৌরীবুদি মত্তৎ লম অমরোম শাংবসিন য়ানীয়ে খাংয়েন্দ পুনখংলগ। (হৌন) থৌরীদু ফত্তে, থম্মু ভিলেন, ঐ হয়েং গুলী অফব খর নৈবিগে। (সেকেণ্ড ৪ চিকপ)

(নেম্ন—হীকথন) করিগুম্ব, ঐ' পুন্সিগি অয়োইব লীলাই তাঙকক অসি হয়েং শান্নব তারবদি—কনাদ পীরমসিগে লৌরাক ১, য়ুম হিঙ্গোল মচাসিগ ঐগি লৈজ-রিবা? ঐন ন্নুংশিব মী লৈত্রে, ইশাব্ নুংশিজদ্রব ঐন, কনাব্ নুংশিভম থোকই? মী পুম্নমকপু নুংশিদ্রব নিপানি ক্ষেতিবাব্ ঐ। অহনদি, খ্বাইদৈ ন্ুংশিদব খল্লগ পীরম্ব তায়। মহাক্ত্দি কনানো? থাজহল্লগ হাংলম্বি ঐ' ন্পীহ্নরাও? নত্তে, মরূপ্নি মাগি মতেং খিংতং ফংত্রা য়েংগে হায়রুন ময়ুমদ চংলুবদ, লৈতে হায়হন অঙাং অম থাদোরকপ মশান কাঙথন মন্ংদ ঙসি অয়ুক লোৎহৌব—কাগোকম্নাহুন ফাষ্ট' তারে; খ্বাইদৈ ন্ংশিদব। স্নখ্যা কাগোকম্না! (হৌন লাওরগ) নঙ্গোন্দ্ পীরমগে লৌস্ হিঙ্গোনস্ (তপ্লপ)।

কাগোক (off the mike): হাওনহৈ! তুমদ্রিবোইরে? থাংমৈ পুথোরকও উদেনে তায়। (থোঙভ্প মথোন)

ক্ষেতি: হৈমা! কৈদৌবৈ লাকইবনো মীয়োংসে! (লোম্ন—হৌম) করি থবক্কিনো স্নখ্যা? ঐদি ত্ম্নিংলে হয়েং উন্নরসে লেংও।

কাগো: অসাই অয়ুক ঐন লোৎহৌই, ঙক্লোন মশোঙ লৈব-গুম, লমন শিঙগে অসিরা? ঐব্ হল্লো তাল্লিবদো। থোঙ হাংউ; (দাংদাং থিন) সেনে? অরুব য়ারী অম শাদব য়াদহুন লাকইবনে। থরাইসি চারুবনিনে কারুম

কারুম, নঙন থাও অমুক, তাংলব কান্নিদ হৈজিল্লকইরাও ?

ক্ষেতি : থবাই চাকই হায়বা! সুখ্যাখোয়সো ? করম্না ? কদায়দে মৈনা ? ( থোঙ হাংই—গে )

কাগো : হৈ। ক্ষেতিবাবু, করিগি থৌরাংনা করিগি হৈজ্রাংনো ?

ক্ষেতি : মুপী থায়নপ্রব, অতুন থাংলা থৌরাঁরা করম্বনো অম অপাম্ব খল্লগ লৌরগে তৌরব।

কাগো : হৈস, করি য়ানোননে ভায়, ক্ষেতিবাবু। অওইব্রা ফাগীরা ? মুপী অম থিরগ লোইরে ঐ থিবিগে নঙগি। ঐগিন নঙন থিবিদব য়াদ্রে।

ক্ষেতি : সুখ্যান থবাই চাক্লে হায়রিবর্দি মুপীগি বা ওইরে ? ইশিহুম শিন নোক্লাংই। ঐগিদি মুপীগি য়া নত্তে। হুনিয়ান ক্ষেতিবাবু ঐব, নুংশিংতৌন উত্রে; নুংশিং ঐবু নোংলৈ ওয়ব পাঙ্গল হাপ্লিগদব মরূপ মপাং নঙদে চিংব কনামত লৈত্রে। ঐবু উবদ থঙন চানরম্ব পুম্ব মমাই লৈথোক্লে, কৌননাংত্রে, হায়জ চংচব লাকইমানে থগ্নরে। ফিভমসিদ ঐ হিংলুব কান্নদ্রে পুন্সিগি লীলাসে লোইশিল্লগে থল্লে।

কাগোক : য়াম্ন ওল্লি লোইখিনু ভায়। ঐ নঙবু থৌশাদব নত্তে, অসাই ঐ পাউ শাওনাংপ্রব অম তাহুন মঙ ওইসনু হায়হুন ফমুংদ তুমথবনে।

ক্ষেতি : করি পাউ ? ফত্তব পাউবু তুমথরগ মকু-মঙ ওলহনব য়াব্রাও ?

কাগো : ঐবু লিকই, অস্ক লিকপ নিপাদবু কনান য়ুম পাঙ্গরুগবনো হায়হৌই হায়হুন মুপী অমন তম্বরে। সোমদ

ঐন লিকইবসিন মাগি য়াইফনব, মণোল্ম পেংবা খাবক রৌ পীজব ঙম্নব কাবো চা মক শায়ত্নন লেপ্লিবা। মহাকপু লৌদ্রবদি য়ুম কৌবদ পানগ্রৱোই হায়ত্নন খাংলকইব চহি ৩৭, ইমান্নবদি মশূ উনগ্রে।

ক্ষেতি: কনানোনে অদুক পঙব নুপীদুবো ? মীতৈ চন্নুরাও ?

কাগো: ক্ষেতিবাবু নঙবু খওদুব অশেংব্রাও ?

ক্ষেতি: ঐদি বি, এ, দ Politics লৌরকই, স্নখ্যান থব্রাই তাব নুপীগি মমিংদি লাইরিক তম্মক্তে—করম্ন খঙভম থোকপগে ? কোইমিন্নবসু নত্তে, রাজনীতি য়াওমিন্নবসু নত্তে।

কাগো: চহি ৮০ শুরব ইথৌ ঙম্নুবান হায়বদুই মও নুপী দূরবীন হায়বহ্ন মমিং তারবাও ?

ক্ষেতি: হেরা, অহ্ন ওইরেকো! হা হা হা··· হ্যেং চেল্লুরগ খুমিদাংৱাই নয়ুমদ থিনবিরক্তে—কমু কাংথোন অহনব থোরাং তৌরম্মু।

কাগোক: হেরা ল'য়ন হায়রেদা ইতাও ?

ক্ষেতি: ঈশ্বরন সাক্ষী স্নখ্যা ইবুতো। মশক নাইব অদুগুম্ন পোৎ অম য়ুমদ খাংজিনববু কয়া লুমদগে ? ইথম্দন ঙম্নি।

কাগো: করি খুংলাইন থাংনি ইতাও ইবুতো ? ওহ, ঐদি চহি অসুক য়াম্বসি মীশক খঙদদুন মাংহল্লুরেদনা! কাগোকম্না ঐঙোন্দ করি পামমি ইতাও ? য়ুম শাসিরা ?

দোকান অম শাওরা ইতাওগি ? ভোট অমুক্ত মশীং থিনব য়াওখিগেরাও ?

ক্ষেতি : সুখ্যা, ঐগি লন্নাইগি করিমত তৌবিনু। নীংব থু্ত্রব ফংজভম থোকপ ফংদ লৈত লায়র নংলিব, লৈবাক মচাশিংসে, পুল্লপ তাশিন্নব খোমসে। সনা কাগোক হাংদোকপিয়ু।

কা : কৈদৌন মীয়াম খোমজিনদৌরিনো ?

ক্ষে : লিংজেল মান্নন হৌন লাওনবনে। খোঞ্জেলবু হৌরবদি, খুৎপু কল্লবদি ফংদভম থোকপ কাওব ফংনরবদবু করিনো ?

কা : দূরবীন হায়রিব শকহেনবি শাকবিত্নু চিংনব মী খোম-দৌরিব্রাও ?

ক্ষে : জ্ঞান তাখিব্রেদা সনখ্যা ! রাজবংশদ পোকপ কাগোকস্না নিংথৌ ওইরব্রাও ? লৈম ওইনব দূরবীন হায়বিত্নুবুদি ইখুৎত থোকপ পোংনে। ক্ষেতিবাবু ঐবু অঙম অথৌ ওইবদ ইত্তিক চাদব্রাও—জুজিক মনীং ওখাক থুংলিবসি মী খরদনে। ফংজভম থোকপ ফংদদুন মাংখ্রিবশিংগি ক্ষতিপূরণ তান্সে সনাখ্যা ইবুংঙো ?

কা : কাগোকস্নাগি লৈজবখিবিক নখুৎতা শিন্নরে ইতাও।

ক্ষেতি : অদুনিদন রাজবংশ, শেলবু, হয়েং শিরগ অমম্বদ হনখিব নুংঙাইনব থাংমৈ লৈনব অমদি ফাষ্ট, ক্লাস টিকেট কক্লব শিজিন্নব য়াগত্রাও ? অমুক্তি শিব শোইদ্রব ঐখোয়ন নিপা থৌ পাংলমদন শিখিবদ হয়েং মাইপুব

ঙম্মুগদ্রাও অশিরৈবাক্ত লৈরমগদব অহল লমন মপ্পাপ মপাং মতিক চাপ্পবশিংদুই মমাংদ।

কাগো : শিবৈ লক্ষ্মীসি ক্ষেতিবাবু কোম্ন শেমসি, দুরবীন হায়বিদো নিপা থোক্ত ইমুংদ অপুক্ত খিনখিগে। ঙাইখো ভায়, মখোয় ইমুংদ ঐবু লিকই হায়হন য়েক্লব থরন শন্দোক্লখিবহ্ কোক্লব করি তৌসিগে? মখোয়দ ইমানীন কোইব চংবদ কোম্মোংদৈ ফুঙ্গা মনাক কাওব লুপা ১০ চংপিহ্ খার খারগ খোঙন নেং চ সিরাও?

ক্ষেতি : এঃ তৌহৈদেদা করি ৱাতানো সনাখ্যা ঐ তৌজগে বদনাম কোক্লব ভক্তে ত্রস য়াম্ন লৈ।

কাগো : নত্তে, লক্ষ্মীবু মীরাহৈব তৌবুদি তৌহৈদে, মুংঙাই-মনখিত্রদুন হায়বৈ ৱানি। ঐখোয়দ চংলগ চাকস্থ চামিম্নসি, তুমস্থ তুম্মুরসি। থৌরাগ হৈজ্রাংগ চান্নব নঙবু নথন্দ সিদ থনস্থ ঙম্মরোই। চাক চারত্রাও মুংদাংগি?

ক্ষেতি : কদায় চাদগে শিরগে হায়দুন বৈতরনী তুরেলগি হিদ কাক্লরব ঐন।

কা : লাকও চংসি, শো লোল্লম্মো।

শো লোনব মখোল ভায়,

নুংঙাইব যন্ত্র ইশৈ হুইথখি। কেকেগু ও চিকই।

( Warning signal পিং পিং—পিং পিং, খোনশিদ ৱারী শায় : নুরা অমদি লালা। )

নুরা : কৈনো কৈনো ! উন্নিবসিবু থাজগদ্রা ঐবো ? লমজাউং দা চংলিবি নুপী মাননবিশিং সিবু অশেংব মীতৈ চন্নুরাগাক্ত ওইরিব্রাও ? লম্বী থোঙ ফগংলে, খুঙ্গাঙ্ভ লৈছাউরে, য়ুম্বান কৈবানন্নু থাইনদৈ য়াম্ন ফগংলে। পিস্কু পাস্কু নহারোলশিংগিন মীগি মতৌ কিজেংভা চাকচাদ অম্নুক য়াম্ন তম্নুন্নিবসিবু কদোমদ থোক্লগদগে মথেনে। খাম্বিনব তাকপিনব অহল লমন, মমা মপা লাইগুরু অমত্ত লৈত্রবংদৌন।

লালা : লৈত্রবগুবনে ইবেম্মা। নহারোলন অহল লমনগি মরা লৌদে, অহল লমনবু নহান তাকপি ভঙ্কিব, লমজিংবিব মতম্নি হায়রে। মপা মপু হনব মচা মত্ত ! অহল্র লমম গুংব ব্রারকপ নহারোলন ভাদে, অচংবন অশিবদ নত্রগ অশিবন অচংবদ গুংব ভানদবগুম !

নুরা : মপান মচাবু য়ৈহ্নন ব্রারকপ গুম্মদ্রেনে ? মমানস্থু মচা নুপীবু মশম কোইহুন ব্রারক্রিব করিগিনো ?

লালা : মপান মচানুপাবু কি, মমানস্থু মচানুপীবু ব্রারক্তোব কিনব মাল্লি।

নুরা : অস্নুক পাংনদব লৈবাকসিদ নিপাবু ভুংদ নত্রগ য়ুমদ থনম্মগ নুপী ঐথোয়ন চোংথোক মীগৌ সাহেবশিংগ অদুগৈ শীংনক্রবদুদি য়াম্ন লানব তারেনে ?

লালা : লাল্লি হায়নদি থম্নদে. চহি অমগি মনুংদ নোংম গুহাক্তংদি ইবেম্মথোয় অথৌবশিংবু নিংশিংনৈ।

নূরা : চহি অমগি মন্ংদ নোংম ঙহাক্তং অথৌবিশ্শিংব্ নিং-শিংবিব, মতম অ'তদনা অহল লমন্ন হায়ব ইন্দ্ মনীং মখা তম্ন শেংনীংব শেং, চানীংব চা—থক্লীংব থক—কোইনীংব কোই। করিমঙম থাম্ব য়ানীংদব। করি লীচং শাজংনি হায়দগে? মসিব্রা চাউখংপ হায়সিবো? তাধনখোয়ন জাপানগি লাঙাউদ্দ ভারতকি নীংতম লাম্নীগি মীচংদ য়াওজ অঙম্ব তেংবাং পীখিবদ্ হুজিক মণিপুরদ নহারোলশিংন ফিজেং চাকচাদ মনীং মখা তম্ব, অহল লমন লাইগুঙশিংগি মঙা লৌনদ্রিবসি ফংনব্রাও?

লালা : খঙ'দনে ইবেম্মা—নহারোল লাইরিকহৈব য়াম্ন থোরক-লদ্ন ওল্লকইব য়াওল হায়গদ্রা! করম্ব সমুদ্রগি তোর্বান্দে লাইরিক য়াম্ন হৈরব য়াম্ন পারব থেঙ্ মহাশিংনো খঙদে তেঙ্গোল অম থোরক—লমজাউদ লাওদ্ন চংলে : অদ্বৈ ইবুধৌ থেঙ্ লমজেন য়াঙন অঙৌপাম্ব থেববু লমজেন্দ মাইথীব পীখি। মদ্গি লংলব রেকোর্দ অদ্ থেঙ্ নহা ঐখোয়ন হুজিকস্থু কায়দন থম্ব পাম্মি। চোংথোকপিরকউ থেব খঙদে শজি খঙদে থেঙ্ নহা ঐখোয়গ লমজেল তানবিনীংবা

মসিব্ নোকদ্রা কপকদ্রা ইবেম্মা? শ্বা থারগ ঘড়ি থাদ্ন য়েং তাম্নহনবদ থেঙ্ন মিনিট ১০ দা চেনব লমদ্ থেবন সেকেণ্ড খরদ চেনখিদৌরিবনি। লাইরিক হৈক্ত হৈতব থেঙ্ অহল্লোন্দি খোংজেলসি খঙনরিবনি।

অদুবু তাকপিদ্রিব করিগিনো নহারোলদা ?
নূরা : তাক্লগ লৌবিদে হায়হুন খামদব তারেনে ?
লালা : চোপ্পদি য়াওনিদো অহল্লোনস্থু।
নূরা : কয়াদ মুংঙাইখিদ্রব ৱানো : অহলন তাকপ নহান তাবিদব—, নহান তাকপস্থু অহলন য়ানীংদব। অচংবগ অশিবগ ৱারী শাব য়াদবগুম। হায়নীংব কয়া পেন্দ্রব কয়া পুরক পাউখোন লাকই। কনাদনো ঐখোয়ন তমগ-দব পাউসিবো ?
লালা : খোঙজোম লান্দ লৈখিদব অহলহু মরীমতা কনা কনা হিংলিবগে খঙনব থিব চংখি, মহাক লাক্লগ তান্নসি মান অহন্নি কনাদ চংলগ করি পাস্বেন, অশিব ঐখোয়ন হায়-নীংব নীংঙমদব কয়া ইচা ইও মরীমতাদ য়োগদগে হায়বহু।
নূরা : অরাইব থবক্তি নত্রে তাধন, অহিংব মশেল, অহল্লোন নহারোল হায়ব তানদ্রে, উঝাশিংগ ছাত্রশিংগ সম্বন তোইন খানরে, কৌব থুম্নদ্রে—ফিভমসিদ শিরব ঐখোয়ন পুরকইব পাউখোনসিবু নিংথেম পুথ্রীদ ঈতিংলমগদ্রা খঙদ্রে।
লালা : নীংব কায়গন্নু ইচন, পাস্বে লৈগনি। অস্থুক থরাই-ঙৌন; হায়নীংলব, তম্নিংলব পাউখোনসিবু তমদব হোন-ত্রাও ? তু আদ পাইরকইবসি খোংজোমদ তুখিব অহলহু নত্রাও ?
নূরা : মানি। ( পিং-পিং—**signal** )
খোংজা ( খোন্সিদ ) : লাওনে লালা, নূরা। নখোয়নীবু করি

কুম্মৈ য়েংলিবগে ? ওক্তি ওক্লবনে ; ঐখোয় ইতুংদে ওল-ম্মিব য়াওলসে : ফৌ শংবাইদ সিকি অনা মথাই পীরম্বহন লুপা ৪০/৫০, চক্কন চৱোংন কুপ্প য়ুম নোং অয়ুবদ লৈরম্বশিংগি মচা মতুন মরম ওকপদৈ চেকয়ুমদ লৈরগ ফংফং লাওবি তোংব য়াও, বোবো খোংব য়াও, মী উনদ্রে, মপা মপু অহল লমন লাইগুরুগি লাইরা পাউ-মেন পাউরৌদি তানদে লিক্লীন খন্দোক। শাওনীংদ্রে, ইচিং ফত্তব ঐখোয়দি রাশা অম পায়রগ পাংখোকলা কন্থৎপদোন য়ৈনীংদ্রেদা অহলস নহাস।

নুরা : অহলবু মরীমতা কনা কনা থেংনবিরকপগে ?

খোংজা : ইও শুথাংনি হায়ব য়াব খর থেংনরকই; খর নকুবব হায়রিব, নত্তে, ইশু নত্তবদি ইয়াওব য়'ওদ্রেদা কুপ্প থিক্লরবদি। কয়ম হায়ন তৌরি হায়বদো তব্বদ ইকাই-রবনিনে। মমা মপা মচিন্নাও মুংশিনদে, অশোন অনাব থৌশাবিদে ; থবক নোম্মগ চানীংদব, তনব তানব, শেলব ফংনি হায়রদি করিগুম্ব থবক বেরা লৈতে, অচুম অরাল অফ ফত্ত, থকসি খাসি লৈঙ্গুংদ কুম্মদ্রে।

লালা : অহল লমন মরা লৌদ্রবনি পুরেন। অশিব ঐখোয়ব মখোয়ন নিংশিংনবসি চহি অমদ মিনোট ১/২, লোইরে, অত্তৈদ উচেক ওন জুরা জুরা ক্রং।

নুরা : মখোয় মতৌসিদা ঐখোয়ন লাকইব পাউখোনসিব কনাদ শিন্নরমদগে ? কনা কনান তাবিদগে ?

খোংজা: তাগে তাসন্নু তায়োই তোকসনু, ঐখোয়গি ইথৌ ইরৈবাক্ত, মুংশিংন মরীমতা ইচা ইশুদ তাকপিতম থোকপ তাক্রুব হোংনব ক্লায়। খোঙ্‌জাম লান্দ শিন্নকপনি ঐ ইরৈবাক্কিদমক, ছব্জিক নীংথা তম্ব ওথাক, হিন্নম কয়াদ ফংনরে, অদুবু মশাগিদ ওইজনীংব কন্নামজাউব হায়ব হিংচাবন্তুন মীয়াম্বগি শরক মথয়াংত উমশিনথিবদৈ পেন্দ খোল্লাওন অতিরীদ নোংথাক্লে। হিংচাবদ্ হাংত্রবদি লৈবাক মরা তম্ন পানব য়ারোইদৌরি, দধিচি মুনিগি শরু বজ্র শানব কদায়দৈ লৌরুদৌরি? ইরৈবাক্কিদমক, মুংশিরব ইশু ইচাগিদমক শরুদ্ থিব য়াওদতম থোকপ্রাও?

লালা: দধিচি মুনিগি শরু থিব তায় পুরেন, হাংতব য়াদে কান্নামজাউ হায়ব হিংচাবদ্। নত্রবদি নীংথা তম্বগি মিংদ শিন্নকপ ঐখোয় পুম্নমক্কি খুংস্তুমন অরেম্বদ মাংলে।

নুরা: অদ্দ, তাথনম্তু ইথৌ পুরেন্স্ শাওবিন্কো লৈবাকসিদ খ্বাইদৈ মরা চংপ, খ্বাইন থাজনব মাইচৌ, পণ্ডিত, লেখক - নত্রগ লুচিংব কনা লৈবগে? মহাক লৈরবদি মঙোন্দ অশিরৈবাক্তুগি পাউজেন্নি, মীয়াম্তু ইলহল্লু হায়রম্মগ ঐখোয় পোথাব য়াইদো।

লালা: চুম্মি নুরা, লৈবাকসিগি অহৈ অশিং—মাইচৌ, লুচিংবদি কাংবু নাইব, মীচংন থাও ওইন চুথংত্রবদি ভাল্লু য়াদব থাংমৈ ওইন ভাক তৌরি। মীচং নাইদব, লৈবাক পুম্নমক্কি মীয়াম পুম্নমক্কি ওইব থাংমৈ, সমুদ্রগি ঈথক্ক

নংশিংনা মুখংপ কমদর থাংমৈনা, কদায়দ থাদ্রিরগে ?
সনাহল লোকচাউদে থান্নু লোকমজ্জিদা ইশিংন থান্নু থাংমৈ
মচুয় মচুম, নাপির উনাদ ফুক্কু শকপ জিক্লা মশীং
মান্নন—; চাক্কোই কৈদোউৈ লৈমিদন নোংকাইন মনু মীতৈ
বাকলদি অতিরা !

খোংজা : নীংব কাক্কপর লাঙলাউন লিরুকপ লালো। চহি ৮০
হেন্নব জান য়ায় লৈরমা মহক চোইরোল, মমিংন জম্বুবান
কোব অম লৈ, মহাক্কি শিগ্রর মক্তিকচাবশিংবু ইকাইং
খুম্মে। মহাক জনিক বৈতরকী জোলোক ফম, মাংদ ভুংদ
য়েং, বাকল য়াম্ন থল্লি। মঙোন্ন চৎলগ মাবু হিনাও
শাহন অখিলৈবাক অচংলৈবাক পাউ ফাওনব য়াত্রা য়েংশি।

লা : দাকঘর অ'ৎ লৈতরনিন য়েংরক্তায়, করি হায়রগে ইচন ?

নূরা : তাইবং মখোয়গি অ কাপ্পবানী হায়বহ জম্বুবানবু ওইং
হনব য়াত্রা য়েংব য়াই। চোইরোলবু ভোয়ন লোল্লে
হায়বহুন নিংথিন তাব য়াগদ্রা খঙ্গে।

(মন্ত্র ইশৈ কুইথথি। হনুব ১ নাখোকই।)

দূরবীন : ইখো, ইখো—ও: ইখো ! (কনথংপ খোন)
চাক চারসে, হোগংলো।

জম্বুবান : হা: কনানো নওবো ? (মরোল কাইরপ) কৈদোব
লাকপনো ? নবেন্দ্র লৈখিদব কুইরে।

দূরবীন : নও মুপী দূরবাননে। ইখোবু চাক চারসে হায়দুন
হৌদোকপনে। চাক চারসে ?

জম্বু : কদায়দগি চাকনো ? নবেলন তল হৌনি হায়ব্রা ?

দূর : চাখুমদে—ঐন থোংব, লৌবুক্কি কৌ ওরগ চেংন থোংব।

জম্বু : কনাই লৌবুক্কি কৌনো।

দূর : ইধৌগি লৌবুক্কি কৌন শুব চেং—অদুগী চাক।

জম্বু : নচীঙ্গীনু ঐগি লৌবুক নত্তে, ঐন লৈরুব নত্তে। ঐগি ইপাবু পোকপ ইবুংঙোকি লৌবুক্তে।

দূর : অদুবু হুজিক্কি অহলশিংদু শিগ্রবনিদা ইধৌগি ওইরে, খর লৈরগ ইধৌ শিরবদি ঐখোয়গি ওইরক্নি।

জম্বু : ওইজহৌ কংজহৌ ইরা ৱাদন, অদুবু মপু অশেংব ওইরম্ব অহলশিংদুই শরুক থাদোক্লব্রাওঐ

দূর : থাদোক্লে, কনাস্থু চারদে !

জম্বু : চারব্রবস্থু থাদোকদবনি হূরানবি ওইদনব, মখোয়দ হায় কংকদবনি। মরম ওক্লবদি লমহেল্লবদি নখোয়বু মপু ওইহল্লীংওই শিগ্রব অহল লমম। হুজিক হুজিক হিংমিন্নরিব জীবশিংদে নত্তন শিগ্রবশিংগিস্থু য়েংহুন হিংব তায় দূরবীন। কদায় চাক পূরক্লব্রাও ?

দূর : কমাদ লৈরিবসিদি।

জম্বু : ওাইখো, মথাথংবৈ লুপ্রাবী মমা মচাদু চাক চাপ্রবা ?

দূর : আলু খর পীবু হায়দুন পীখি ঈরোল্লগ চাগ্রে।

জম্বু : অদুনিদনা; য়ুমলোন্নবৈস্থু খর য়েংনর তাব্নি। হৈ মুপীমচা ! (স্থুং স্থুং নম্মগ) কদায়দৈ মনয়ো—লিক্লী

হৈদোকপ্রাও ? নৌপ্‌াগি থোঙসি লোন্সিল্লু। মশা লৈত্রা ?
কৌরকউ।

দ্‌র: দুঃসাহস! কদোমদ চংগ্রে ? হুজিক্ক লৈরম্বনি নিপাম্মচা!
দুঃসাহস!

দুঃসাহস: হাও করিনো ? (off mike)
ঐবু কৌত্রা ইচে ?

জম্বু: হৈ..., দুঃশাসন, করিগিনো নঙন লিক্লীদৈ করি করি
হৈদোকইবা। মনম্ম ঐগি চাক শরক ফাওব চাখিদোরে।
থোঙ. ঙাশিল্লু। (দাং)

দ্‌ঃশা: থোঙবুদি ঙাসিনগে। নব্‌ক ফত্তব তৌম্নুনে হন্নুবা,
অমদ্‌ নত্তে, চৈরকন্নু তানৌংদে। হকচাং ফনব ডাক্তরগি
হিদাক্লে।

জম্বু: কয়াদ মচীন থীগ্রব মীরৈহৎনো য়েংউনেসে! হুজিক
লৈবাকসিদ থোকইব খৎন চৈনব, কাৎন শুনব, গাড়ী
থেঙ্গাইনব খুদোংথীব কয়াসি মথৌ শংবদ নঙ লিক্লীদ্‌
য়াওরিবনে, মীসি লিক্লী মহিদ ফজন তীঙলবদি শা
সায়ন ওয়ে। নঙব্‌ শা ওন্দুন চংনিংলত্রাও ?

দ্‌:সাহ: ওইদব বাদ্‌ ঙাংম্নুনে ইথৌ জম্বুবান। থক্লগ কৈম্নু
শা ওনবিদব মী য়াম্ম লৈ, হকচাং কনখৎনব, ঙহাক
নুংঙাইনব, অচৌ অশা.শিংম্নু য়াম্ম থক্লে, কৈম্নু তৌদে।
নরাম্নু লোবিরোইদব বাদ্‌ শুম্ব কৈদোন ঙাংইবনো ? ঐন
থকপদি হিদাক্লে, লিক্লী নত্তে। (থোঙ গম)

দ্রু: অহলদ অহুম হায়ব হৌনদে দুঃসাহস। কৈকান্নব করেম-নরিবনো ?

জম্বু: চিন্তীব লমহেন, দুঃশাসন! কৈদৌন চেনপ্রি ? ময়া কাথোরকপদ অম্বুক নমথীবসিবু গুপী কনান মনাক্ত চং চাক-য়েঙ্গাং হাপ্লিদগে ?

দ্রু: চাক চাথোক্লসে ইথৌ, ঐ পাউজে আকিষ্ট কারুনি—ঙসি ছুটি নত্তে।

জম্বু: কদায় কদায়, করি য়েঙ্গাংনো ?

দ্রু: ঙা থোংবনি—পেংবা ১ থক।

জম্বু: কদায়দে পেংবা ? ইতিক চাদব য়েঙ্গাংদু কৈদৌন চাদৌরিবা ? অদুক তাংখুব পেংবা।

দ্রু: নঙনুপা দুঃসাহসন ফারকপনি।

জম্বু: করম্না কনাই পুথ্রীদগি ? ছজিকমক কৌরকউ মরা হংগে।

দ্রু: নিপামচা, দুঃসাহস! ইথৌন কৌরি লাওহৈ।

(থোঙঙুপ মখোল, থোঙ হাংব—Record)

দুঃসাহস: কৈনো ইথৌ, ঐবু কৌববো ?

জম্বু: নঙন পুরকই হায়ব পেংবা, থোংলিবসি কদায়দৈ লাক্লক-পনো ?

দুসাহস: খুবাক ২ হেন্ন পাকপা থাবক্লে, ঙারাকপি ঐগুম্ব লুক্রাক্ল চেনব ঙমগত্রাও—চহি অদুক য়াম্বন পঙইব করি-গিনো ? পাংকি ফুম নম্বদ ফাব পেংবানে।

জম্ভূ: নঙন পাংত চংলুরগ ফারকপ্রাও পেংবাসে ?

দ্ঃসা: নেকটাই পুনব, খোঙড্রপ তোংলগ মেজদ ফম, চাক চাব ঐন, পাংত কুম ফুমদৈ পেংবা ফারুত্রাও শিগন্দব হনুবাও ?

দূর: করি য়াঙাংনে, নিপামচা—অহন্দ অহুম্না ?

জম্ভূ: নপাঙ্গলন পাংতৈ ফারক্রুবদি, ঙামীশিংন ফারক খৈদেন্দ পুখংলকপদ্ লম্বীদ নেকটাইন থেংন, ঙায়োনবিদৈ লাক্রগ খোঙড্রপ গেগে লাওব তোংল চেন্নকপ্রা মাইথাবা ? শেল মতিকচান থোক্তব নঙন ঙা অচোব অহাওব চাব চুম্ব্রাও হুরানবাও ?

দ্ঃসা: লিক্লীদ য়াওরম্ব পেংবানি মরীল লৈব নহা ঐগুম্বন দ্নিয়াদ ঙমদব করি লৈবগে ? হুজিক থৌনা লৈবগি যুগনে। অফং অফংব চাশিল্লো, পরপ পরপ শিনব তুম্ব ঙমত্রগা। থাইন ন্পী লান্দ ন্পী নিপা মরিংজেল খর খর লৈবমখৈ চোংথোকখ্রগ ইধৌনচিংব পা'দবমখৈ কাঙখদ লোংলি হায়বদৈ ? ইকাইক্লন্ চাউ—অফংব, হাওরগ লোইরে। ইচে, ইধৌসি ঐগি হিদাক্ত্ খর খর পীথকউ-নহৈ—শিব কিদনব। যমগি দ্তন খিরৈ, লৈতে হায়রু— কাঙখদ শং চং হনুব নঙ থাকপ য়ারেহৈ।

জম্ভূ: ন্পী মচা হুরানবসিন লাক্লকপ পেংবাদ্ ইধৌ চারোই, হঙ্গান্না কোবিরা অম থোংউ। মহিরাবন্ন হুরান্নকপ পেংবা।

দূর: ভৌথোং য়াওয়ি, ইরোনব য়াওয়ি, পেংবা চারোই হায়-
ৱবম্ব। কৈদোন শাওরিবনো ইথোন পিকলিডৈ লুন ভৌজব
কেথোকহনব নওহনে। মুংশিল্রা ইথোন থাথিব চারানে?
জম্বু: তাকুহু চংখ্রবা মুপীমচা? করম্নো, ৱারকপ চংদব নহা,
লিক্রী মরূপশিংগ তিম্নদোবসে!
দূর চংখে্র, চাক চায়সে।
জম্বু: ভাইখো, ভয়াংলা নহাল্লা ঐবু পংকাউদ কাউই মুপীমচা;
নিপা অনীগ মুপী অমগ—আঃ অরাপ্ল লমদৈ লাক্লম্র্া?
ঐভোন্দ করি করিনো হায়নীংই হায়দূন লাক্লম্বদূবো?
লৈরিত্রা য়েংও।
দূর: থোইদোকপ লাক্লম্ব থেংনথিদে ইথো। মঙত্রাও তাই-
বংত্রাও? কনাম্ব লৈতেয়ে হুজিক্তি।
জম্বু: খঙদেনে—মঙ ওই, তাইবং ওই! নবোক্তূ হিদাক
হাম্লকে হায়রম্র্া—কদায়।
(যন্ত্র হশৈ হুইথখি।)
(Press machine, type writer মথোল ত্রেক ত্রাক)
ক্ষেতিবাবু: লাকপিয়ো স্নখ্যা লেংশিন্সে, করিমত হঙ্গোইবিমু
ঐ য়াওরিবসিদি। নিপামচা মিশিঙবা! নথোয় প্রেস
মেনেজার, ইবেম্ম দূরবীন হায়বিদূবু কদোমদ ফম্বগে?
হা টাইপ রাইটরন জগোই শারিব শঙসিদ হায়বা?
মুংঙাইহৈ রাতাদি!
দূর: কনা ওইরবনো প্রেস মেনেজার থিবিবো? সিদ
লেংশিনবিরকও। (Type মথোল লেপ্লি)

ক্ষেতি : তাইপ রাইটরগি অগোই লেপহল্লেদো, য়ারোব য়াদে ইবেম্মা, মিনিট ৫০ মুক্তনি, লেংশিল্লকও সনখ্যা। ইবুং ঙোখোয় কনা লৈ ? চা অহুমথক্ত পুরকউ হায়খো হোটেলদে। চৌকিদ লেংশিল্লু সখ্যা ইবুংঙো কাগোকম্মা। পাখংপিল্লু (লোম্ন)।

দুর : দাদাজীখোয়বু প্রেসকি নম্বর ১, হোকর ২ অমদি কম্পোজিটর ৩ হাপকনি হায়হুন খবরদ ফোংখিংহুগি দরখাস্ত থাবিব লাকপ ওইরব্রা ? য়ানোম্মদি য়ানদে।

ক্ষেতি : নত্তে নত্তে ইবেম্মা কদায়দৈনো। ঐখোয়ন লাকচ-রিবসি ইবেম্মবু মুক্তিগি ফোংগদব পাউজে অমগি ইদিটর ওইবিয়ু, অনোব রাজনীতি পার্টি অমগিস্থু সেক্রেটারী ওইবিয়ু, প্রেস মেনেজার ওইন সিদ ফ বিরিব তলবসিগি শরুক কয়া হায়সিগে সনখ্যা ?

কাগোক : য়াদি য়ারৌন্নু ইবেম্মা, মেনেজার ওইবিরিবসি থাদ লুপা কয়াক্লুক—

দুর : য়ামজদে ৮০০ লোমদ ফংজে।

কাগোক : অহুদি ঐখোয়রোমদ য়াওবিগে হায়রবদি লুপা জিশীং অমগ চামণ্ডা পীজগে।

দুর : থবক ফংনব্রিব লাইরিক হৈব য়াম্ন লৈরে খবরদ কৌবি-দ্রিব করিগিনো ?

কাগোক : এঃ, তিম্নব মুংঙাইগদব, থরাইন তাব মীশক হাপচ-নীংবৈ য়ানি।

ক্ষেতি : মানি মানি। মী হায়বসি মহৈ মশীংদনস্তু চৎনদে। মশক মতৌ পুকচেল শাজৎ, করি হায়নি মতৌ মানব হায়ব অম লৈরিদনা? অহুগিনি ইবেম্মবু ঐখোয় সনখ্যা প্রেসিদেন্টন পামজরিবসি।

দূর : করি মমিং কৌদগে অনৌব রাজনীতি পর্টি অম লিং-থৎপিদৌবিবহুনা? খবর দেইলি অম ফোংবিদৌরিবন করি মমিং থোনবিদৌরি?

কাগোক : খবরগি মমিংদি মতমগি মিহুল, অহুগ পার্টিগি মমিংদি ক্ষেতি বাবু করি থোনসি হায়বা?

ক্ষেতি : ভারিংখা পার্টি।

দূর : মী কয়া য়ামবিরবজাংনো?

ক্ষেতি : মণিপুরদ লৈব অয়ামব মী, শেৎপ চাব মনীংথুংদব, য়ুমবান কৈবান ফত্রিব—করি হায়নি ভা মতোং চাবদি খরদনি, মরীংখা চাব, মক মকোক ময়াঙ চাবন অয়াম্বনি হায়জরিব।

দূর : হুজিক হুজিক্কিদি পার্টিহু মীশিং য়াম্বিত্রিবজাংনিনে?

ক্ষেতি : য়ামদ্রি ভসিমক্তি, ঐখোয় অনীগ ইবেম্মগদ ভায়রি।

দূর : ভাব তাজরে ঐ। দাদাখোয়বু অভাং কয়া কয়া ভবি-রবগে?

ক্ষেতি : ইবেম্ম ঐদি ইলেক্সন্দ মীমাং ফম্মহুন নুপী থায়নপ্রে, অভাং লৈজদে। স্নখ্যা—

কাগোক: ঐদি ইবেম্ম য়ুম পাঙ্গত্রি, থরাইন তাব থিজরি, কংত্রগ—

দূয়: খঙজরে সনখ্যা, খবর হায়বহ্ন কোংবিয়ু, পার্টিস্থু লিং-বিয়ু—মতম খর থবক্তু য়েংজখিগে। হুজিক্তি য়াওজব ঙমখিরোই। ঐবু খওইন য়াওহবিনিংবগি ওইরগ, ঐখোয় ইথৌ জম্বুবানদ হায়বিয়ু। মান য়াব নিপা লৈতহ্নন ঐস্থ য়ুম পাঙ্গত্রি। বারৌবিন্ ঐ থবক শূজহৌরগে?

ক্ষেতি: য়াম্ম করে চংচরে।

কাগোক: বারৌন্কো ইবেম্মা।

( Type writer মথোল )

( যন্ত্র ইশৈ নেমথখি )

জম্বু ( নাখোক ভুম্মি—মরক মরক্ত বাঙাংই ): মী লাকই ফিদা থাও অঙাংশা—( নাখোকই )

নূরা ( পিং-পিং ): তাদবু, কৌজরিয়ে, তাদবু! তাধন অমুক্ত হৌদোকপিয়ু নোম্মগ—মুশীলান মতমদ লোংলৈ পাঙদে হায়রুবৈ শাওনখি ঐগদি।

লালা ( পিং-পিং ): ইবো জম্বুবান! য়েংঙো ঙক্কনু, কিগন্, ঐখোয়, চংত্রগ হল্লক্কে হায়ব লমদৈ লাকপনি।

জম্বু: কনা কনানো? কৈদৌব লাকপনো? ঐঙোন্দ ইবুংঙো হায়বদি—? ( নাখোকই )

লালা: ঐন লালা কৌই, লাঙ্গাওদ আই-এন-এ মরক্ত য়াও-রুই; নীংখা তম্ব কংনব ভারত মচাশিংন হৌখিব লান্দ।

নূরা : ঐন নূরা কৌই তাদব, নপীলান্ন চৈ চাখিবি অমনি।

খোংজা : ঐন অতো, ব্রিটিশ সরকারগি অকনব তেঙ্গোল লাম্বা তৌরগ ইমারৈবাক্তি নীংতম্ব ঙাক্লব লান্দ খোংজোম তোর্ব্বান্দ লোংন তাখিব অমনি। অতৈন খুড়াবু খোংজা কৌই।

জম্বু : লায়রব ঐগিদ লাকপিবদি অথৌব অথৌবিশিং করি হানি করি ফান্নি ? অঙাংশা ! চা থর লোল্লো—তারিব্রা মুপীমচা দূরবীন ? ( নাখোকখি—অতৈন খোন্সিদ ঙাংই )

নূরা : তাদব ঐখোয়দি চাদি থক্তে, পেন্দব মুংঙাইতব থর পাংথোক্লব পাউখোন লাকপনে ?

জম্বু : ঐদি শোল্লে, চৈঙ য়াওব্রবদি কন্ন চংপ ঙমব্রে, লান য়াওব ঙমজরোই। লান হায়রবসি ফত্তে হায়হূন নহা ওইরিঙৈ, কল্লিঙৈস্নু য়াওজদে, সত্য লোংভুন লৈখি।

( নাখোকই )

খোংজা : লান্দ চংলু হায়ব নত্তে। নহারোল ৱারকউ, লমছেলহনগনু, মপা মপুই ভুং ইল্লু—অচুম্ব অফব থললগ। অঙাং ৱারকপ ফাওব তললবদি শিরকও।

জম্বু : - ( নাখোকপদৈ ) হুঁ—ঐ শিনীংদ্রি, ঐন লান চংব তললিবসে শিব কিবৈনি। মপা মপুগি খুদুং ইনব তারবদি নহারোলদস্নু লান চংউ ইন্সিনব তারি।

লালা ( পিং পিং ) : অচুম্ব অফব ফংনব লান্দি তৌদব য়াদবনে ইনাও। হিংব হায়বসি লান ঙাক্তনে—থাঙ-তেন পায়ন-

জ্রবস্থু: পুক থন্নব, য়ুম্ঠান ফগংনব, নীংথা তম্ন হিংনব, মীনাইগুম থাংদনব লান।।

জম্বু (নাখোক্লমবদৈ): শোল্লব ঐন নহারোলবু য়াহন্নব ঙাংনদোবসি লুপ্রেদা!

খোংজা (পিং পিং): তনব য়াদবনে অতো হিংব তারবদি, লান হায়রবু নহাব়োলগ থেংনবতুম্নুনে। মথৌনা লৈব মপাঙ্গল ফনব নহারোলন অয়ানব থবক তৌরবদি হন্নুব নখোয়ন থিংব তাবনে পাংদবাও। মবুকংচেল চাউব, লৈবাক্কি ফনব য়েংব, অচুমব শাজংন ফিদম ঙইনব তম্বিদোবনে। হিংসা তৌ হায়ব নত্তে, অহিংসা অমদি অচুমবা পামবন খুংলাই ওই অয়ানব, লৈবাক্কি মাংনব তৌব, ওইদবদ পামবশিংবু চুমথোক্কদবনে। অঙ্গরেজগি নোংমৈ থেংনদোব নত্তে, নচা নগুবু য়ারকপদি।

জম্বু: (নাখোকপদৈ) হোংনববুদি চুম্মি, ঙমব ঙমদব ঈশ্বরগি কৃপানি।

নূরা (পিং পিং): অহল নহা লিংজেল মান্নন খুংলাই পায়রগ লান চংউ হায়বস্থু নত্তে, সাহেবকি সঙ্গীন মাইয়োক্লবস্থু নত্তে, শেন্দোং কাহেন্ন পাম্ব পোংয়োনবগি থৌদৌ থিজিনব, মশাগি ওইজ্রবদ য়েংব অঙম অথৌগি শক্তি মশিজন্ন থিগংলগ চুমথোকপ করিগি য়ারোইদোরিবনো? পায়নরিব শক্তিহ্ মী ওংনত্রা মী য়োক্লত্রাও? ঙাজাউন ঙা মচা চাব য়াব মীগি আইনলাও?

লালা ( পিং পিং ) : ইনাওবু তান্নিত্রা ঐখোয়ন হায়রিবসে? য়াম্না পেন্দ্রব, থরাইবু খাং অশাবদ ঙোরবদি নহা খঙদে অহল খঙদে হিংসান খুংলাই ওই য়েক্লববু মাংহন্নীংই, অহিংব নখোয়দি হায়কন্থ শিরব ঐখোয়স্থ খাংব ঙমদ্রে। অরেম্বদ ঈ মা দনব, অপাম্বস্ থুংনব, অহিংসাগি থবক থর পায়খংসে থৌনা ফন।

জম্বু ( নাখোকপদৈ ) : করি করি থবক্লো? শমন হেক্ক তাক-পিরম্মো।

লালা ( পিং পিং ) : লাইরৈবাক্ত হৌই হায়নব কল্প তরু, কল্প-বৃক্ষ হায়ব পাম্বীদো তাইবংপান্দ থাওংও চারা শন্দোক-হল্লো! অরা অনং লোইন কোকনিয়ে।

জম্বু নাখোকপদৈ ) : চারাদি কদায়? পুবিরকপ্রা?

খো জা ( পিং পিং : তাইবংপান্দস্ অহুম থর তাঙন হৌরি। নঙ তাব তাও : কল্প তরু হায়বদি নাংব থুংহনব উপাল হায়বনি। মদুক:চল চাউব, মশাগি ওইজব কয়া য়েংদব মীগি চারা শেমসি হায়বনি।

জম্বু ( নাখোকপদৈ ) : ওহ, তাব তাজরে। থরাই হকচাং য়াওন চারাহু থানব, শন্দোক্লব লাক্লজগে।

৩ মক ( পিং পিং ) : ফরে য়াম্ন শুংতাইরে, মহুদং নওন পাং-থোক্লব হোৎনরো। ঐখোয় পুক্লিং মুংতাইন হনগ্রগে।

জম্বু : করিমত চিংনদন হনংরো। ঐন অঙম্ব থরাই থাব ফাওব হোৎনজগে, থাঙ তেন নোংমৈ য়াওব থবকপু

নত্রবদি কিজরোই তজরোই। মশাগি ওইজব কয়া য়েংদব, দেশভক্ত, লৈবাক্তি মীয়ামগি য়েংব চায়াদি কন লৈব উই।

( মুংঙাইব যম্ন ইশৈ মতেক ১ নেমথখি )

( জম্বুবান নাখোকই ফজন, ) স্কুটর লেপ্লগি মখোলস্ তায় )

ক্ষেতি : ৱামত হংজগে, অহল্লি কম নাখোকই, অতৈদি কনামত লৈত্রবা করিনো? লেংশিল্লকউ স্বথ্যা। করিমত হঙ্গোই-বিম্বু, থাইন ঘটোৎকচস্ মরম্নাইগি মুপী হায়ব চংখি, অশম্ব পায়ব যুগনি।

কাগোকম্না : ক্ষেতি বাবু, লৈশাবি মথলদুবু লৈব উদেদা। অহলসি হৌদোকদবসি লুপ্ত্রেদা আদৈ পাখঙসি কনানো?

ক্ষেতি : দুরবীনগি মোপ্রানি ঐ কোগে। ইবুংঙো পাখঙ, স্বরাইদ অমুক্ত লাওবা সনা!

দুঃসাহস : করিগিনো? ঐঙোন্দ সনাকা হায়ত্নন থেম্মিবব্ করি পাম্বগে?

ক্ষেতি : শাওমু ইবুংঙো, মিং কাউথোকখিদ্নন তৌবনি। ইথোসি অমুক্ত হৌদোকপিয়ু হায়বনি?

দুঃসাহস : ঐগি ইমিং দুঃসাহস কৌই, ঐদি সনা নত্তে মিসিনি, ঐঙোন্দ চিরোল তৌরকমু। ইথৌ, ইথৌ! মী লাকইয়ে?

জম্বু : কনা কনানো মখোয়দু অমুক লাক্লত্রা?

ক্ষেতি : ঐখোয়নি ইপল, ৱা অমত্ত হংজনীংদ্নন লাকপনি।

জন্তু: নখোয়বু হিংলিব মীরাও, নত্রগ শিরগ পেন্মদুন হল্লকপ কাংবুদুরাও ?

কাগোক: ননাই ঐখোয় ছজিক ছজিক পেন্দন হিংলিব কাংবুনি।

জন্তু: নখোয়ন পান্মিবদি করি ? হেক্ত হায়মু ?

ক্ষেতি: ননাই ঐগ লোইনজরকইব স্নখ্যা কাগোকসনাগিদমক নগু ইবেম্মা দূরবীন নিজব লাকইবা ? ঐমু কাউবিরত্রা ক্ষেতিবাবুনে, হৌখিব ইলেকসন্দ মাইথীখিবমো।

জন্তু: নিপামচা দুঃশাসন নচেদি ?

দুঃসাহস: ছাপাখানাদৈ হল্লক্কি।

জন্তু: খর কৌকচো, পরপ পরপ লাকউ।

ক্ষেতি: ইবুংঙো নগু ফং ফং লাওবি তোংব হৈত্রাও ?

দুঃসা: করিগি হৈত্তনি।

ক্ষেতি: সনখ্যা—শোদু পীবিখো।

কাগোক: ইবুংঙো সিদ লৈরে। ৫০ চংপিসি পুখো, অথুম অহাও ইখৌন হাব য়াগদব খর লৈরকউ, অরেম্মন ইবো পায়শিল্লু।

ক্ষেতি: হোয়নে, ঐখোয়দি অথুম অহাও, হৈরা অমত্ত পুরক্কে। চুশি—

জন্তু: ঐগি ইগু দূরবীনবু মু শিহুন হায়মরিব ইবোম্নাগি। মতিক মগুণ অমুক্ত থারকউ ক্ষেতিবাবু।

ক্ষেতি: ইপলবু, ঐগি মরূপ কাগোকস্মা হায়বসি মরল লৈ,

লৈবাকসিগি বড় মন্ত্রী ওইরব য়াই মতম খরগি তুংদ, মহৈ হৈ মশক রাৎতে।

জম্বু: কয়া ফব মীনো? করম্ব মন্ত্রীদি? লিক্লী হৈনব্রাও? খুৎলাই শাব্রাও?

ক্ষেতি: ভারীংখা পার্টিগি সভাপতিনি, চু৴ট কা লিক্লী অমত্ত শোক্কে। লৈবাক্কি ফনবদ খনব দেশভক্তনি। অরৈব মরল মপাঙ্গল মরোশিং লৈবাক্কি য়াইফনব কথোক্লব মীনি।

জম্বু: ভারীংখা পার্টিন করি তৌরি, তৌদৌরি?

কাগোক: ননাই ঐখোয় ভামতোং চাদব, ফি মমল য়াম্ব শেংতব, য়ুম অফবদ লৈতবশিংসি লিংজেল মান্নরগ লৈবাকসি ঠিকাদ অমুক্ত ভাকচগে খল্লিব।

জম্বু: নভবু সনা নিংখৌ ওইনীংব্রাও?

কাগোক: ইখৌ ইবুংভো, “Uneasy lies the head that wears the crown” হায়বহ্ অচুম্বনি, আজকালদ শাব নিংথৌ লুহুবসিদি তৌংখংন কেনবনিন উপ্পগ তুম্বদ কক কক্লি। ননাই ইতাও ক্ষেতিবাবুগ ঐখোয়গি ভারীংখা পার্টিসিন লৈভাক ঠিকাসি করিগুম্ব ফংজব থোক্লবদি, ইবেম্ম দূরবীন্ন সেক্রেটরি ওইবিগদব পার্টিগি, ভামতোংস্থ, ভামকোক মক্ক ভারীংখা মীয়াম য়েন্নহুন চামিন্নজনি। মহুদগি ননাই ঐখোয়ন পামজরিব, ময়াম চামিন্নব শুংভাইমিন্নব। মী অতৈগিস্থ য়েংন হিংব ভারীংখা পার্টিগি ফিদমনি ইখৌ।

জম্বু : মচুনিদন কাগোকম্না নিপামচা হায়ববো! ঐ য়ামু মু-ঙায়রে, নঙ্গোন্দ পীরে ঐগি ইশু নুপী দুরবীন, নঙ্গোন্দ পীদন কনাদ পীনি ?

( motor cycle মখোল তায়, লেপখি )

দুর : হৈমা! সনখ্যাস্নু দাদাজীস্নু লৈবিরম্মিত্রা ? নিপামচা চা খর লৌরু।

ক্ষেতি : ইবেম্মা ঐখোয় ইধৌগ য়ারী।

দুর : ইধৌ করিগিনো ?বু নিপামচা থারক হাথু হাথু টেলিগ্রামদ কৌহল্লকইববো ?

জম্বু : টেলিগ্রাম হায়ববু এক্সপ্রেসনি। নঙবু ইবোম্না, মিং করি হায়য়ে ?

কাগো : ননাই ঐ কাগোকম্না কৌজৈ ইধৌ।

জম্বু : ইবো কাগোকম্নাদ থাজখ্রে, বাক্যদান তৌখ্রে চীন মখৈদি —য়াথং থাগ্রব হায়বদুনি। নঙন করি হায়নীংবা ?

দুর : ইধৌন তাকপিরগ লোইরে, তৌবদদি করি মরমদৈ থাজবিরিবনো হায়বদু খঙজ্রব য়াগত্রা ?

জম্বু : চুম্মি, মুক বুইন খনবদ চময়রম্মগ ঙসি থাক য়াথং থাব, ঙক্লৌংঙাইনি। হন্দক্কিসি মঙফাওনিহৈ, ঙসি নিনী ছয়ীসি মঙদ নিপা ২গ নুপী অমগ লাক ঐবু চৈরম্মি— শিজ্রিভৈদ শিরে থবক তৌদ্রে, নহারোল বারক্লে হায়দুন।

ক্ষেতি : মঙতাক তৌরম্মিবশিংদুদি কনা কনানিন ইধৌ ?

জম্বু : নুপীদুন নুপীলান য়াওখিবি, নিপা অহন্দুন খোংজোম

লান্দ লৈখিদব--অমদ্রন জাপান লাঙ্গাউদ লৈখিদব।
মখোয়ন ঐবু কল্প বৃক্ষ, নীংব থুংহনব উপাল থাও হায়রম্মি।

কাগোক: কল্প-বৃক্ষগি চারাদি কদায়দৈ?

জম্বু: নশাগি ওইজব থাদোক মীয়ামগি য়াইফনবৈদমক নখোয়-নীন ঙারীংখা পার্টি লিংনি, মীয়ামগ চামিন থকমিন্ননি মুংঙাইমিন্ননি হায়রিবহু কল্প বৃক্ষগি থোঁদোনি—অহুন ইও মুপীবুস্মু পার্টিদ য়াওহন্নি ঐস্মু য়াওনি—তনব য়াদ্রে নহারোলদ লেকচর তৌদ্রন ব্রারক্কে—মিটিংদ লাক্কে। ঐ য়াম্ন ইকাই মখোয় মমাংদ মুংশা হোনব ঙম্মিবমথৈ অব্রাংব ফিদম অমগি নোম্ব তায়।

দ্রর: ইধৌন পাম্মিবদ্র থুংনব থব্রাই হকচাং কখোকচরে ঐস্মু। তৌবদদি দাদা অমদি সনখ্যাখোয়গি পার্টিগি থবক্কু মীৎন উজ্জখিগে নাকোংন তাজখিগে।

ক্ষেতি: য়াম্ন নুংঙাইজরে ইবেম্মা। সনখ্যা ইবুংঙো হন্দক্কি পরীক্ষাসি পাশ ওইনব তনব য়াদে—শেল পাঙ্গল অরৈব খিবিক ভাইবং চাউথৎনব যজ্ঞসিদ থাদবিব তায়।

কাগোক: ক্ষেতিবাবুস্মু ঐখোয় ইবেম্ম দ্ররবীন্স সাক্ষী ওইবিয়ু—ইধৌগি খোঙসি পায়হুন ব্রাশকচরি, নোঙ্গাথ্রব লাইগুরু, অথৌব অথৌবি, দেশভক্তশিংস্মু নো থক্কে উবিসম্নু: লৈবাক্কি য়াইফ থৌদাংদ চথগদৌরিব ঙারীংখা পার্টিদ ইরল ইপাঙ্গল ইরৌশিং লৈজ্ঞব খিবিক থাক্কন কচ্চরে।

জম্বু: বলিহারি, বলিহারি! মদ্রদনি মুখ্যাইবুংঙো, থবক্ক

উৎপিরো, ইশু দ্‌রবীন নখুৎত শিন্নরনি।

ক্ষেতি: য়াম্ন ন্‌ংঙাইজরে ইথৌ পুরেন—খ্‌রুমসি ইতাও।

কাগোক: খুরুমজরি ইথৌবু ননাই ঐথোয়নী।

জম্বু: নোঙ্গাগ্রব অহল লমন মরৈবাক্তীদমক পুন্সি লেনখিব, হুজিক লৈরিব লাইগুরু, ইমা ইবেন পুম্নমক্কি য়াইফনব যজ্ঞ নত্রগ ঈড়াং থৌরমদ নশাগি ওইজব থাদোক চোংথোরকইব অথৌবশা, নমাইপাকপ ওইজৌ।

ক্ষেতি: য়াম্ন ন্‌ংঙাইজরে, অদ্‌দি ইথৌ, লুহোংখোংদোংবসিবু ন্‌মিং অকব য়েংনখিদ্রা কৈদৌঙৈকাসিং—?

দ্‌র: দাদাজী পাটি'গি থৌদো উৎপিখো, মিটিংকাস্‌, অমুক অনীরক ফমখিসি, চীনস্‌ খু স্‌ মান্নব্রা য়েংনখিসে অদ্‌গ।

জম্বু: মানি মানি, ইশুন্‌পীন হায়রিবসি অচুম্বনি, ঐস্‌ মিটিংদ রা ঙাংগে, খুৎন লক্ষ্মী-থোঙ শেম্বমক্তি চহি মতাংন ঙম্মরোই। থবক খর তৌরমদ্রবদি ঐবু হয়েং অশিরৈবাক্ত ইমান ইমান্নবৈ মমাংদ মাই উংলুব ঙম্মোইদৌরি। হুঁ, ইশুশা, লাইরেকপ য়াদে, থবক্ত খুৎ থারু।

ক্ষেতি: ননাই ঐথোয় হঙ্গরে। খুকমজরি।

দূর: নিপামচাহ্ন গাড়ী পুগ্রগ হল্লক্লে, ওম্মোকপনিদ।

কাগোক: তোংজখিসনু, ঐ কোম্ন ন্‌ংদাদ লৌরগে। হেক হল্লকপগ খিলহজ্জরক্তে—, বারৌব য়াদে।

( Gay musical note fades out )

থোংজা: ( পিং-পিং ) মশাইত য়েংদ অতৈগিম্নু খর য়েংন

ফিরেপ চাব তৌবগুম্বশিংন মবুকচেল থর চাউনরব অহৃগ শূদন চানীংব; অতনব থুংলাই পায়বশিংনস্থ মরম থর ওকথংলবদি হিংব ময়ারব মতম্লি। থাইনৈ মীনাই ফুঙ্গা, পোথাং পুব, লালুপ কাব, মপু খনবকা হায়বহ্ন ভূকজগ্রব চংনবিনি।

লোলা ( পিং-পিং ): ইহে, পুরেন ! মপাগ মচাগ, মচিম্মনাও, মরীমতা মরূপ মপাং খংনব হাংনব শুনব থর ফগংনব লিক্লী পূমনমক থুগাইযু হায়বহ্নদি তাক্লমদ্রেদো ?

নূরা ( পিং-পিং ): মদু ইদি তাধন নচন্ন নুপীমরূপ্ত শিগ্ররম্মে— নেশাবন পার্টিন, লিক্লীন মখে লাংবগ চোংথোকনি চহি থুদিংগি অমুক অমুক্ত ওইরবসু হায়দুন। থাজবিযু মীতৈ নুপীবু, মখোয়গি মমা মবেন্ন ব্রিটিশ সরকারগি নোংমৈ সংগীন শীংনব ঙমখি, নহা অঙাওব, মচা মশু, মবুং মোপ্লাবু ৱারকপ করিগি ঙম্মোই ? ঐন নুংশা থীজরিবদি মৈর্বাক্কগি শেনজাউ পাইরক্লগ ফিরেপ চাফাংহৌদব, চনীংহাপ্পশিংদ খংনৌ নিংঙাই তৌ মরম চাব চাদব থিঙ্নু হায়দুন ইন্সিল্লি হায়নে।

লোলা ( পিং-পিং ): মদুদি খি.ব থর লুনি ইচল। অদুবু মরম চাদন নিংঙাই তৌব হায়বসি অয়ো-য়ো থোংব কুইশিল্লক্লগ ভাব ভারক তোকখিনি।

খোংজা ( পিং-পিং ): চুম্মি, মীন হায়ব ভানরমদব, লাইন ৱারক্লগ ফখিব হায়বসু লৈ। অহৃদি ঐখোয় পুক্লিং মুংঙাইন হল্লেনে, অহন্দু থবক থরদি তৌনিদা।

নুরা : তৌনি ভাধন। চাউখংপগ লোইনন তুংখংলকইব— উফুল মম্নামসিস্থ মনাতোন যুম্লবকান্দ ভাব ত নরক কম্থোক্লরকখিনিদ। লে লসি।

( Instrumental music fades out )

( মীয়াম লাংবগি ম.খাল তায় Crowd Noise )

কাগোক : ক্ষেতিবাবু মীসি স্থৱাইদৈ হেল্লরোইদ্রাও ? মী লিশীংমুক্তদি শুহ্নীংখ্রেদা।

ক্ষেতি : সি মকস্থ ৱান খেম্লক্রবনি, মীকোক ৫/৫ পীরকলিবনি, ৩০০ লোমদি শরম্মনি চংখিব শেলদি লিশীং ৩ হেনখ্রে। লোন )

কাগোক : ইধৌ জম্বুবানখোয়, দূরবীনখোয় লাক্লবদি মাটিংস হৌব য়ারবনে।

ক্ষেতি : অসাইন লাকখে, হৌব য়ারে সনখ্যা। হেলো ! ময়াম লাঙবিরনু, মিটিং হৌনব, ঙসি তিনবিরিব ঙারীংখা পাটিবু নুংশিবিহ্নন লাকপিরব অহল লমন নহারোল পুম্নমক, সভা-সিগি সভাপতি ওইবিনব সনখ্যা কাগোকসনাবু প্রস্তাব তৌজরি।

দুসাহস : ঐন সমর্থন তৌজরে। ( ময়াম খুবাক )

কাগোক : ইতিক চাদব ঐবু সভাপতি ওইহনবিবৈ ময়াম্বু থা-গৎচরি। সেক্রেটারি ওইবিরিব ক্ষেতিবাবুন ঙারীংখা পার্টিগি অপাম্ব হিরমদ ৱা খর ঙাংবিনি। ক্ষেতিবাবু।

ক্ষেতি : ইকাইখুম্নরব সভাপতি অমদি নুংশিরব প্রজা মীয়াম।

R. K. কাগোকস্নান সভাপতি ওইবিদ্ন নৈন লিংখং-চরকইব ঙারীংখা পার্টিদ লৈবাকপু মুংশিবিব মী খুদিংমক য়াওবিয়ু। মরমদি পার্টিসিগি অপাম্বদি লৈবাকি মী খুদিংদ ঙা মতোং পীজব, মুম অকবদ লৈহনব, ফি অনানব শেং-হনবনি। থবক কংদব মী লৈহল্লোই—মী খুদিংদ মাম্নব খুদোংচাব পীনব লাক্লজনি। ঐন হায়জগদব সিদনি।

( ময়াম্ন খুবাক )

কাগোক : মথংদ ইকাইখুম্নব অহল, ইথৌ জম্বুবাম্ন বা থর ঙা বিনি। অহলসি লাইওইম্নব মীনি হায়ব য়াই, ধর্ম্মম্নু কায়দব দেশ ভক্তনি।

জম্বু : সভাপতি অমদি ঙসি ভিনবিম্নিব দেশভক্তশিং ইচাশিং ইওশিংন লিংখংলিব ঙামতোং মীয়ামদ পীজগে হায়ম্নিব কা লুপসি পুক শেংন থবক ভৌবিয়ু, ইশাগি ওইজব খংবিমু, নমথাক ভৌরগ শক্তি পায়নীং তাং ভৌবিব ওইরবদি কুইব য়ারোই খংবিয়ু। নোঙ্গাশ্রব লাইশুম, অহল লমনস্ময়ানব হুজিক হুজিক হিংলিব নহা অহল পুম্বনস্য়াবিগ-দবদি মশাগি ওইজব থাদোক লৈবাকি সেবা ভৌবশিংবুনি শেনদোং পাম্ব কারবারী পার্টিবু নত্তে। ঐদি সিন লোইজরে! ( খুবাক খুনৈ )

কাগোক : সভাপতি ঐন মুংশিম্নব মীয়ামদ হায়জগদবদি—ওইজব থাদোকসি স্বার্থত্যাগ! ( মী থরন লাংই—হুই খোংব—হোদোং খোংব—গৌ-গৌ—ঙ্যাও ঙ্যাও হায়দুন লক্লে—লাংই )

কাগোক : লাংবিনো মন্নাম্মক।

ক্ষেতি : কবিনো কবিনো? লাংবিনো।

(crowd noise fades out)

কোম্লিক—খাবৈ……( then music )

দূর ( চাক থোংব মখোল ) : নিপামচা দ:সাহস! লাও বা থর হংগে।

দ:সাহস : কবিনো ইচে? চাক লোইত্রিবাও?

দূর : মখোয় অসাই মিটিং কাগোকস্নাখোয় ক্ষেতিবাবুখোয়ন কোবদবু করম তৌবগে?

দ:সাহস : কাগীনি ইচে, লুপা ৫/৫ পীরগ খোম্ব মীন অমামং বনি—মী ১০০ থক হেনগত্রা তিনখিবশিংহ্। মতাং তৌরগ নেতা শাগে, ওইজ ওইথক থিগে থবক শূব তম্লি হায়ব কাংবুনি।

দূর : অগুকপ মতমগি অগুকপ কারবার হায়বদ তারেনে।

( ভিং—ভিং—ভিং )

Instrumental music fades out )

ক্ষেতি : ইথোব ননাই ঐখোয় থ্রুমজরিয়ে?

জম্বু : কনা কনানো ইগুশা নখোয়বো?

ক্ষেতি : ননাই ঐন ক্ষেতিবাবুনি।

কাগোক : ননাই ঐন কাগোকস্নানি।

জম্বু : ওহ, ভারীংথা পার্টিগি মমা মপা শাবশিংদো, খঙছে। নখোয়ব করি হায়নীংবগে ইগুশা?

ক্ষেতি: ইথৌন য়াথং থাবিখিব, ইবেম্মা দ্রুবীনব্ সনথ্যা কাগোকম্বাদ থাজবিনি হায়বহ্ন কৈদৌঙৈ হৈজিংপোৎ পুহল্লগ, লুহোংবনা কৈদৌঙৈকা?

জম্বু: ওহ, লুহোংবগিরা? মতম থর, চহি অম অমুক নখোয়নীগি থবক য়েংখিব তারি। নহাল নখোয় কৌখিব মিটিংহ্ন মীদ নত্তন হৌদোং হুইদস্থ বার্তোন তৌরুব্রাও? সন সগোলস্থ থর য়াওহল্লু। নব্ক শেংদন থবক তৌগন্থ। লৈবাক মীয়াম্বু নমথাক তৌব কুইব য়াদে। নখোয়গি ঙারীংখা পার্টিসি মুন্ত্রি, ঙাহিং নম্মি, থর হেন্ন মুন্নব তৌখোকো।

ক্ষেতি: চহি অম য়ৈথোকখিব তাদ্রিব ইথৌ?

জম্বু: চহি অম অমুক য়েংবিখিগে, মদ্দস্থ মুন্দ্রব ঙাহিং নমদ্ন অদ্ম লৈরবদি অমুক য়ৈথোকপ তায়। মরমদি ঐগি ইশু দ্রবীন্দি ঙাহিং নম্ব হৈনদে, অশংব হৈনীং হৈনজোম চাদে।

কাগো: ইথৌ ইবুংঙো চহি অমত্তংদি ঙায়বিখো ননাই ঐখোয় মুন্নব অমুক্ত তৌজখিগে। খুরুমজরি।

জম্বু: জৈ, জৈ! চৎলো চৎলো, শীঙ য়াঙঙু, মুন্নব তৌ, মনম কজন চৎহল্লু।

২মক: ইথৌ—হোৎনজগে।

(নোক্লিং খোন্দ যন্ত্র ঈশৈ)

জম্বু : লম্বীদ চৎলিব মুপী অঙাং, অহল লমন ইচাশা ইশুশা ! নাকোং শেংদোক্লগ তাও। নোঙ্গাগ্রব অহল লমনশিংন পীরম্ব পাউমেন্নি : চাননব শা ঙা হাংলবস্থ চারোইদব মী হাংকনো। মীয়াম্ন য়ানভম থোকপ অফব অচুম্ব নত্তব থবক মচেৎ অমন হু ওইহুন সমাজদ য়েংথীনবৈ কাঙ মরূম কোকহনগনো। লম হেনগন্নু অঙাংশা, নিংথিন ৱারক্লিডৈ য়াত্রবদি লাইন মান্তক চাব দগুি পীরক্কনি।

পাখোন : লমজাউ থোক্লে, খৈদেন য়ৌরে ঙাওরেনা অহলসে। ওম্বোকপনিদা !

জম্বু : কনা কনাগি অঙাংশিংনো তেংপাক্ল থারকইববো ? অহল লমন্ন ৱারকপ য়াত্রব অঙাংলা নখোয়বো ? হৈ থারকন্নু নহৈ। থাঙদ চংকদব মচাশা।

পাখোন : করিনো করিনো অঙাংশা হৌনদে হন্নুবদ লক্করিবহু খাংমুথক্ত মাংনীংব্রাও ? পামুইদা অহলসে ঙাওদোরব্রা করিনো।

জম্বু : ঙাওদেনহৈ, ঐবু কনান ঙাওরে হায়গে ?




লোইরক্বা

## ডিঃ সিঃ তোংব্রাগি লাইরিকশিং মশাগি ময়ুমদগি ফংবিগনি।

ড্রামা

। মনি মমৌ
২। মেত্রিক পাশ
। মৈতৈ চনু
হিংমিন্নব
৫। তাইবং গাইত্রং
ইমামচা
৭। হেলোইন পুব
। লমজা পরশুরাম
৯। নিঙোল মরা
০। লিক্লীলৈমা
১। নোংপোক লৈমা
। মচিন্নমনাও
। ইমুংগি ইজ্জৎ
। কলিদা ভীম মন্ত্রী
। লুদ মী চঙব
৬। ইম্ফাল খোইবী (৩শুব পন্দুপ)
৭। স্না য়াথং
৮। মেমথোইবী
৯। লৈশাবী চিঠিখেলা
। মঙাল অদো

২১। কেকুলোৎপী
২২। শাংলম্মী শিঙেল অম
২৩। লৈরাংদো, খোইমুদো
২৪। কাওফাবী
২৫। চেঙনী খুজাই
২৬। তপ্পা
২৭। লৈবাকমচা
২৮। কুমারী রম্ভাগি মঙ
২৯। অনীথোক্ক চীংখায়রে
৩০। মুংশি লৌনম্বী
৩১। সনা চহী মঙা
৩২। ঙবোংখাউ
৩৩। উপু বাক্সি
৩৪। ঐবু কনাইনো
৩৫। নিপাদু কনানো
৩৬। মঙলাক্লব,
৩৭। মণি থিব

“হন্দোকপা ১দি শেমদোকপা”

১। হেমলেট (সেক্সপিয়ারগি)
২। ওথেল্লো „
৩। মেকবেথ „
৪। জুলিয়স সীজার „

৫। লাইকদিবী অমৈ মুম (ইমসেনগি)

৬। শজোম মিঠাই লাম্মী (পোগি)

৭। দোনবান (রোলান্ড ডক্কান্যৈ)

"ৱান এক্ট প্লে"

১। অহ্ক অমগি লীলা

২। লীলা মচা মচা

৩। লীলা মচা তকক

৪। কৰা কবি কায়নব

৫। লীলা মচা তরা

৬। অনৌব লীলা মচা ৫

৭। তাজমহল

৮। শ্রীমতী মঞ্জা .

৯। লীলা মতেক মচ ৫

"মখল মথেৎ"

১। ৱারেং মখল মখা

২। শৈরেং ৱারেং পিজু

৩। আকাশবাণীদে তাক্লব ৱর

৪। অকাশবাণীদে ফোংব্রব

৫। তাইবংজাম্বগি ইমুং ১ব শকক

৬। " " ২শুব "

১। ৱারেং-লীলা মথেল

---